# ৱাহৌদোক

কেগে নোংবান কৌবা ড্রামা অসি তাং ৩ | ২ | ৫১ ইংদা ইবা লোইঙ্জবগা লোয়ননা "রূপমোহন্দা" উৎপীযু হায়না থাগৎচ-খি। রূপমোহনগী ড্রামা উৎপিবা কাংবুনস্থ হরাও হরাও লৌশিনবীখি।

সর্ব্ব শ্রীযুৎ হওর ইবম নীলমনি সিংহনা হেন্না ফজনবা, হন্না হন্না শেমদোকপিবগা লোয়নন শ্রীলাইশ্রম নেত্রজিৎ সিংহ, শ্রীখুমহবাকপম মোমোন সিংহ, শ্রীলোইতোংবম কালাচান্দ সিংহনা মতেং পাবিখি। রূপমোহনগী ড্রামা মেম্বর পুন্নমক্না মতিক চারে থন্নবিরগা ভেলুম অসি হেন্না ফজনব হোৎনবিবদা অরাবা শরুক য়াবিখিবা মেম্বরশিংস্থ যাওনা, মতিক মতিক চাবা পার্ট লৌনবীরুনা "রূপমোহন্দ" কয়ারক উৎখ্রবা কেগে নোংবাসনি। ভেলুম অসগী মরমদা অরাবা শরুক যাবিখিবা ভদ্রলোকশিংবুস্থ এনা মতম থুদিংদ কাউজদে, ভদ্রলোকশিং অসগী লমন করম্বা মতমদা অমুক্তং 'শংজবা ওমগদগে হায়বসি, ঐগী পুক্নিংগী রাখননি। শ্রীযুৎ তেলেম আনৌর সিংহনস্থ ভেলুম অসি ছাপা তৌবদা হতেং পীবিখ। ভদ্রলোক অসিবুস্থ ঐনা মতম পুন্নমক্তা কাউজদে। মনিপুর গভর্ণমেন্টনা ঐগী "কেগে-নোংবাল" অসি ছাপা তৌবদা শেলগী হেতেং থবা পীবিরকপ অসিদস্থ থুংঙাইবগী পলথে লৈজদে। মণিপুর গভর্ণমেন্টনা তমুক্ক মুন্না পাবিবগা শৌজিন্নবা য়াবা মফমদা শাজিন্নবগদি, ঐগী ইকমলগী "মহে" য়ান্ন্রে, থুংঙাইবগী পলথে লৈজনবোই। অরোইবদা, কবিগুম্না অশোয়-অচম অমদি অবানবা য়াওরবস্থ মতুংগী ছাপাদা চুমথোকচগনি, মাপ নৌবয়ু।

# লিল্লা অসিদা চঙবা মী

## নুপাগী শক্তম—

১। মোইরাং নিংথৌ
৩। থোংলেন
৫। থম্বা
৭। কৈরোইজাম্বা
৯। মুবা
১১। তুমুরাকপা
১৩। ফুবাল্লা হন্নবা
১৫। হুইরোম।

২। চীংথুবা যুবরাজ
৪। চাওবা নোংথোল
৬। নোংবাল
৮। শোরা
১০। মুক্তাম
১২। কবো মায়েলকোক
১৪। শঙাইদু

## নুপীগী শক্তম—

১। থোইবী
৩। খমনু
৫। চংনিংথোম্বী

২। শেম্নু
৪। মমাতোন

# কেগে নোংবাল



## অহানবা মতাং

### ১বা উৎপা।

### য়ুম

চৌংখুবনা অৱাফমদগী হল্লকপদা, মপু পান্দবা য়ুমগী মওং। মতম ফুংথিল। চৌংখুবা, থাঙ্গরাকপা, লাল্লুপচিংবা, নোংবাল, শৌরা মণ্ডা অসি চঙলকই। মমাত্তোন অমদি শেমুনা চৌংখুবা লাকনি হায়দুনা, মকমন্‌চিংবা নিঙথিনা অমদি তাকং তকিং শেমশাদুনা লৈরম্মী।

চৌংখুবা—হে— ভাইহাক ফমথিসীদনকো। চঙবিরকউ ইপু চঙবিরকউ। লাওনে তয়ুম নখোয়সু।

( শেমু, মমাত্তোন চঙনঙ্ননা থুরুম্‌ই )

য়া— ইমোম শেনবী………।

শেমু— অপোকপা।

চৌংখুবা—চৎলুদনা ইচাশা। ইপুখোয়গী অদুক…………।

শেমু— ইপা হবুত্তো……। ( শেমু, মমাত্তোন চঙথি )।

চৌংখুবা—হোয়নে ইপু অচুনিদো. করিনা লমন শিংদোনো!

থাঙ্গরাকপা— মপু স্না য়াথং তাকপাম্রিবদো, চুমখ্রেদা মনাও ইবুঙো, রাজরক্লেদো স্না হাক্লককাসদা!

( শেন্থুনা 'ফলা থারে ) ।

চীংখুবা—ফম্বিযুনে ইপু, ফম্মুনে হায় শেলুংবা।

নোংবাল—আজ্ঞা............ ।

( থাঙ্গবাকপা কিদাদা ফমই। নোংবাল কিদা চিংথেংকুগা লৈপাক্তা ফমই। মমাতোম্না খুদোং থোগল তৌবে। শেন্থু য়েংতুনা লৈক্তে )।

চীংখুবা—( মমাতোম্দা ) হায়—ইমোম লাংলেন্দি ?

মমাতোন—নমোম ইবেম্মদি, মপল নিংথৌ সনা-য়াথং............ ।

চীংখুবা—য়াম্নুংগী করম্বা সনা য়াথং ?

মমাতোন—শামুখোঙ্ য়েংলৈগী থম্বা মযুম্নাক্তা।

চীংখুবা—অদু আদা থঙদে; ইচাগী চেংলো য়েংগে হৌজিকমক কৌরুচো।

( মমাতোন শুক্র শুক্রি নৈতুনা খোকথি, শেন্থু মিপাইনা য়েংতুনা লৈ )।

চীংখুবা—করি হায়বা ইপু? হোয়নে রাজরক্লেনে। চীংখুবা ইহাকথক্কী লায়ং শরুক য়াখিবা, অরা মংলক থাঙখিব, কাউবা হৌনবরা ইপু! ক উদে—নশু কাউবোরকো ইপু। শিকয়া—চাউবা, খোংসেন অনিগী মীৎলৈদা, য়াম্নুং হবুংতান্ন মনাওনি হায়না খোয়দাবা কাউখিব—!

থাঙ্গরাকপা—মনিদা রাঙ্গে ন নিংথৌ, ইরাম্নু চৎপিদবা—থঙৈক্র হায়ত্র মতায় লৈপাক নিংথৌ তোংখিবনা, হায়ঙম চোঙমম্নু থোকতৌদে! মদোনা নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা হায়বত্র ওইতুনা—অচুম্বনা অরান-শা, অরানবনা অচুৎ-শা, মদুম্নু নপুদি অদুক থোক্কেদো! ইবুঙোগী সনা থোগলসি, রারকপবু তারিমাল্লেনে!

( শেন্থু থাঙ্গয়াকপদা হিদাক পীরে, থকই, শেন্থু চৎখি । )

চীংথুবা—মসমক্তবু ইপু ঐনা………! হে—ভাইখো ইপু য়েং-খিসি পিবা কমমক্তি নত্তেদনা—। করি হায়বগে অচানবা? ইপুখোয় থ্বাই লৈরিদনা।

নোংবাল—সনা পুক্লিংনবু লেপ্পিরবদি…………। সনা খুয়াদা ননাই নোংবালগী যাইবী থয়াই কৎচখ্রেন।

থাঙ্গয়াকপা—ননাই ইপুদি য়াঙ্গোল নিংথৌ মপাংখনবা লৈরি হায়-তুনা হিংক্ষরিবনিনা—

চীংথুবা—উম—ইপু য়ায়ক্লেতায়…অয়ামচা লেম্না মাঙদে চাযবদাই, ইবুধৌ থাংজিঙনা পৌজানবিক্সরেনা মশুবুসু।

নোংবাল—মপুগী নেংদমংখান্নি আজ্ঞা!

( মমাতোনগী তুংদা থাইবীনা খমনগী চৎনবী কি অমুবা ইন্দুনা চঙলকই। মখোয়বু উবদা নোংবালখোয় লিবী-খাইরী লৈবি। থাইবী 'কনা কিনা ঙক্ত্না মপাবু খুরুমজে। )

চীংথুবা—ইপাগী লাংলেনহল। চঙউ, চঙউ।

( থোইবী, মমাতোন চঙমিন্নখিবা )

ইপু—মীরা অমুক ভাইরয়োই। কনাগী মপাউসু তারগে ই। ( নোংবাল ) হল্লো শেলুংবা—য়োংবাদনা—। কোয়ৌ নিংথম য়াইফবা, থবী খোঙনেত্তবা, থাবা লালনংদবা নুমিত্তা, অঙোম নয়ালয়ায়দা নিঙোল য়াঙ্গোয়হল্লগে ইংবা।

নোংবাল—আজ্ঞা—আ……মপু সনা য়াথং…….?

চীংখুবা—খঙলে, কুইররোই, কুইররোই। থুমিৎ শিংবুম তরেৎ-নিপান্নি অসিগী মহুংদা। য়োঁজরো য়োঁজরো।

নোংবাল—মপুগী নোংদমখোন্নি। সনা য়াথং চরৈ কিগাও শানা য়াজরি। মালেমশৈদা তাহনবিদবা আজ্ঞা···।

( নোংবাল, শৌরা যুবরাজ খুরুমগা চৎখিবা )

চীংখুবা—ইপুদি ঙাইহাক অচুক·······।

থাঙ্গরাকপ —মনাও ইবুঙো!

চীংখুবা—ইপু—কনখ্রেদা········ ( হৌগৎলি ) হা—চীংউ-থাংজিঙগী নোংদমখোল—। চীংউ মাগী নোংদমখোন্নি। লাম্লদবা হায়ব অসিনা কনববু-শোয়রুরবনিনে ইপু। ইশু ইপুখোয় অসুম কায়না চীল্লোরুনা, হোয় মাই পাউদমগনি হায়বা অসে, মঙলালচানগুম থোকখ্রবনি ইপু! অদুগনে হায় ইপু—ঐনা চন্দক য়াইবী হিংলকপদি—নঙগী অঙোম মচাসে—থুংশিহ্রেদা মাতনা কললকপনিদা নগুবুদি। রাৎলি—পেন্দ্রি মানা রাজ-রকপনা মহেল্লি। ( থোংজিনশোমদা য়েংলুবদা থোইবী উরুই)। তো—অসিমগনিদো রাজগ্রবা ইপু। ঐনদি অরাক্মদা অরা চুইশোল লং—হেদো নাহে চন, মানি মুনি খঙদ্রেদো! সিমনা পন্তৌ নাক্তা চত্তি চৎনিং—নিংথৌ পন্না থিংখিবনা—থুও অনিগী মরক্তা "হ" ওইখ্রেদো। হা উরোক নমাঙগু "লাং"—নতুংসু "তেল" হায়বা অচুমক থোকখ্রেদো! কম্বী থক্তা ঙৌবা লেম্লৈগুম, ইমোম মানা রাজখিবদো, ইপু—ঐ ত য়দো তাদবা নত্তেদো নগুনা।

থাঙ্গরাকপা—ননাই ঐখোয়মল্লা অহক রাপ্রবদবু, নমোম ইবেম্বদি করি ওইরুরনি।

চৈংখুবা—তো—অহুনা হায়বা ইপু। কেগে লৈকোয়বুগ মোইরাং লৈতেমগাৎসিদা লৈনা হুম্না য়ে'বদা, ঐগী কনা লৈতেনে। অঙোপানবা মপারী অঙোম মচা অসিগা, অহুগা—সিগা—অনী অসি নত্তনা, কনা লৈতবনিদো ইপু! (থাঙ্গরকপা এপ অমা কায়রকুনা য়েংখৎলকই)

আঃ—ইপুখোয়না, ইপুখোয় হায়বতুনিদো।

থাঙ্গরাকপা—অতুদি ননাই ইপুস্ত ··· ···। (খুরুমই)

চৌংখুবা—আ··· ··· য়োবীরো, য়োবীরো ইপু। (লাল্লুপচিংবদা)

লাল্লুপচিংবা—ইপু থিন্দোকউদনা—।

(থাঙ্গরাকপা, লাল্লুপচিংবা খোকমিন্নথি)।

তারিবরা নখোয়বু—? (মমাতোন খোরকই) মমাখোয়—হন্দকী লুহোংবসিদি, "ভরোৎ চাম্বা, তমং চাম্বা" চাম্বা চাম্বনা খু হুং ওইহুনা উনগদবনি। নঙগী নঙগী লৈজবা—তাঞ্জব: শেলগা থাবা, নরম্নাই পুখোক্কবা য়াদে। কেগেদা লাংজিন ওইহনগে, মোইরাংদা কিদমনহনগে। লৈবাক রারীনহনগে, মোইরাং-লম্বী তেন্নহনগে।

{ খোইবী খোওজিন্দা য়েংদুনা লৈ। রা অসি তাবদ', মমাতোন তিঙক তিঙক, খোইবীদা অমুক চৌংখুবদা অমুক য়েংই। }

খোইবী—মু'ঙাইজরেদকো অপোকপা! পম্মোগী মা-পুক্লিংদা চৌংঙু

থাংজিল্ডনা বুখীরবনি। ময়াঙ্বক ইরায়বক্তুম ফবনি, সিবু তমজনা খোকপরা ?

চীংখুবা—হাঃ—হাঃ—হাঃ—ইপাগী লাংলেনহল—'তাংজ" মশি থিনবা নত্রদো—! অঙোম শাগৈ চাওখৎচবনি, নিংথেম ময়ুম ঙাইওইনজবদি।

থোইবী—ইন্দকী মতাংও অসিদা, নমোয়া করিগুম্বা অমতা নিজগে অপোকপা ?

চীংখুবা—করি পামই চরৈঙল, হায়য়ুদনা ইপাদা ?

থোইবী—ইপদনা মোইরাং নিংথৌনি, পম্বোনা মথং খনবনি। থোইবী কৌবা ঐ অসে, পোকচবনা ভম্পাকয়ুম, চাওজবনা কোজুংনি। লমলেন লৈমতাকী য়াইবীগুম, শাংনা তাগে ইনাংতম, কোয়া তাগে ইখা তমজরি। পম্বৌ মপালনাং, ইপল মঙাল চও হেদো হেরাও কানা লৈজরকপা নমোয়ি।

চীংখুবা—হা—হা—হা—ইচাগা প্যাগদোবদি, খেগে চঙ্ করা লৈবগেদো! ইচাদি চীংলাংমৈগী শীহেল উ-থম্বাল মানবী ন। অহিংগী কাম্নৈ-থানবীগুম চেংজৌ হেনবীনিদনা। হায়য়ু হায়য়ু, ইপাদা অজুক হায়য় ?

থোইবী—অজুননে অপোকপা, কেগে মীনোক চাওবনি, মোইরাং মীয়া ঙাজলী। মনাইগী পায়মসুংদা খোয়খা লিনখাহনবা য়াদে। রাজরত্নবা নমাইনি, মীরোল হুয়কইদগী পম্বৌ

থৌগল ফংজরক্লবনি ননাইসি। ননাইনি চানবিকৈনা অপোকপা!

চৌংথুবা—হো—অদুনধে ইপাগী লাংলেন, ইপানা লুনা থম্লবনি।

থোইবী—স্ন য়াথং তাকপিব চুমই। খনবিবা ময়াই, অপোকপা পম্থোনা রাবা উরবদবু নমোম্লস্ন লেপ্লোইদ্রদো অপোকপা।

চৌংথুবা—অত্তনিদনা স্নাহল-মপাগী পুক্লিং খঙবী ইচানিদা।

থোইবী—চরৈতল—ইপানা পোকপনিদো ইচাদি, হু—হ্ন— (মায়কৈ অথদা লৈপোক্লনা নোকই)।

থোইবী—তারিবরনে অচানবী, পম্থো স্ন য়াথং তাকপিরিবসে?

শেনু—তাওরে স্না ইবেম্মা। (শেনু থোরকই)

থোইবী—মমোম ওইবী ঐথোয়না, পলেম পম্থোগী ময়াথংবু চরৈ কিগাও শানা ওকনি। কৈদোইঙদস্ন মালেমদা তাহনক্রোইদো অচানবী।

শেনু—স্না ইবেম্মা।

থোইবী—হে-হা-তোংফদে, লৈয়েং অনৌ ফাংফদে।

শেনু—করিনেনে তাকপিরিবসিবু স্না ইবেম্মা?

থোইবী—পম্থো স্না য়াথং তাদরা? থোয়েল মীকপ তানবস্ন নাম্নেকো ইবেথসা—! না-পা তাথীবরা নহাকপু অচানবী।

শেনু—করিনো তাকপিরিবসস্ন কনাবুনোনে?

থোইবী—নাত্রা সেন্দ্রানরেদো শেনুসে; মাইদা ঐদি থাঙ্গপা কুম্বিগা কাংজৈ শায়বদা, ভাংখ লরায়না লাইজা ঈথৌ লাংই হায়বত্তুরা করিনোসিবু।

শেম্বু—ছাইমা ঐবুরনে ?

থোইবী—করিদা তায়োম্লরিবনো, মঙবু নম্বুবদে ।

শেম্বু—মাই ঐদি ওমজরোই । ( মমাম্ল লৈথোকই )

চীংখুবা—( খা-না য়েংলকই । ) করিনো হায় লাংলেনহল ?

থোইবী—তখেল খুম্ল খোংজোম্বী, লাংজিং খুম্বু মৈতংপী, য়োং থোংলদবীসিমা। ইপা ইবুঙোগী চিম্বুক্তা, মাই ওম্মোইম্ল চিনয়োল্লি, অঙোম ময়ুমদা য়াঙ্গে য়জো হায়ববু ।

চীংখুবা—থোইবী—নঙবুশিনে ইপানা হায়রিবদে ।

থোইবী—ম্লা য়াথং তাকপিরিবসিম্বু অপোকপা, নমোম ঐবু ওইরেকো ! মপু ম্লা য়াথং ভু'ইম্লা, কেগে মোইরাংদা কোং-বিম্রে । থোদু য়ুম্লেপ তমহনাবখুবা নত্রনে নমোম্বুদে ?

চীংখুবা—থোইবী—নিঙোল চম্বু থাজবসি ফুরজবা মপানা থাজ-বমা, নৈকাই শগাংলোংনা শীনবরা হায় ?

( লাম্লুপচিংবা চঙলক্লুনা তারি )

থোইবী—পলেম শেনবী ইমাশোন, পলেম নঙম্বু মুপীনি । মুজা ওইবী কনাবু মমং অনী শুহনব', পলেম পম্লোনা চোম্লরা, মুজা মাগী মাঙজবরা ! ( থোইবী ইমুং চঙখি )

চীংখুবা—ইম্লা—ঐগী চিম্বুকমক্তদা অরং অরংনবা খুমইনা য়োং শকথীবীসে । সিকএ—করি হায়রে, পলেম পম্লোনা চোম্লরা, মুজা মানা মাঙজবরা । অচ্চা—কনাদগী তমজরকপা পাও-রোনো ! লমজা পীতং পাতংপা অদুনা তম্বুরকই হায়বরা । ছায়—চীম্লায়দবী-য়োং লমকেৎ লমহাইবী । (থাইবী থোরকই)

চৌংখুবা—( থোইবীনা শেৎপা জিন্দোল য়েংদুনা হায়রকই ) করি-
নো সিদি। কদায়দগী চৎবেনো, উশিত্তবরা হায় চৌংখুবা ঐবু ?

থোইবী—নমোমগী শক্লোন চৎবেনি, য়োম্লবমু ঙাকপিনি অপোকপা।

চৌংখুবা— অচ্ছা—চৌরায়দবীসিদে খঙগনিদো নঙ। নরা ঙুঙদা
ঙকে. মউপ কংনা কোগেদো, চৌংখুবা ইতিক খঙদবা-
শারিয়ে। ( থোইবী চঙখিবা )

মমাতোন—করিনো মপাবুং স্না-য়াথং তাকপিরিবসিবু ! কেগেদা
অনী শুম্রবী, মোইরাংদা নায়তোম শ ৎ5বী নমোম মত্তবরা ?
অয়ুক্তা মুমিৎকুম য়েংজবী, মুমিদাং থাজগুম পান্দবী ইচানি।
নমোম লাংলেন ইবেম্মনা অরা-খাম্বী লাংলপা, মপুগী পায়না
থোয়দাবিগম্রা ?

চৌংখুবা—হায়—মতোমনরা নঙস্থ। নপাম চাক্তানিংবরা, নঙ য়ুমদা
কুমগেরা ? করি নশিল্লে। মপা ঐনা হায়বদা, হাই হুম
তোংহুনা কিজি কিনা হাইবগুম চৎপদি, মতিক্কি লৈগদরদো।

মমাতোন—মপুগী পায়মা হুঙ—দা—।

চৌংখুবা—তুমিল লৈয়ুনে হায়, মঙনমু ঐঙোন্দা ভাক্লিবরা ?
( ঙাইহাক রাখল তোই ) হৈরাঙগুম য়োম্লোকে, লৈরাংগুম
পীথোকে। মীনায়গুম য়োনখিগে খঙগনিদো শরীশো।
কাওজা মমল অহুনা, মোইরাং লৈঙ-লায়রদা য়েম্লোকে।
চৌংখুবা= ইতিক খঙ.লায়দ্রবা লমহেনবী—।
চৌংখুবা হোগত্তুনা ইমুং চঙখি, লায়পচিংবন। থোগল

তৌখি। মমাত্তোন তিঙক তিঙক য়েংহৌই, থোইবী (থোরকই)

মমাত্তোন—ইমাগী লাংলেন চৱৈহল, করম তৌগনি স্নাহল। নপাবুং চৈথেং অকনবা, পায়মা লিংজেল অথাবা, খাম্বী মৈজাও হৌরগা, লমজাও লম্মৈ চাক্‌খনি। চৗংউ মাদি উরিনি, ৱাখ্রেলকো ইমাদি, থল্লুগবা ইবেম্মা?

থোইবী—পলেম শকপী ইমাত্তোম, নমোম লাইবক চাউবীবু অনীশুবা "মং" অমদা মতৌ করম তিল্লশিগেনে অপোকপী পম্বৌ মিংদা থহৌরোইদরা; ইপলগী তাংজা খুমহৌরোই-দরনে? কোংয়াম্বা মপুক শিজসনু। কেগে লৈকোয়পূং থঙসনু, মোইরাং লৈতেমপাৎ তাসনু। পম্বৌ মানা নমোম্বু ৱারকপবু, মাঙগী তুংগী য়েংদনা খাঙত্থকী নোংহৌ ময়াম্বুং ওইরোইদরা। পম্বোগী মম্নাথংবু ইন্দ্রবদি, থোইবী কোবী ঐ অসিবু, ৱাখল থেনবীনিঙ্গু হায়হৌনি। পম্বৌ দুংশিদবসু তারোইদরনে অপোকপী? মোইরাং চম্নু চেন্থবীনি কেগেদা ৱারৗনহৌরনি, পলেমমক্না পোইনাইরোইদরনে ইমাত্তোন?

( লাল্লুপচিংবা থোরকই )

লাল্লুপচিংবা—ননাই ইপুবু—স্নাহল—?

থোইবী—তাকপিয় ইপু।

লাল্লুপচিংবা—নপাবুং ইবুঙোসে অশাও-খাম্বী হৌরেদো, ৱাখল থক্লম্লথরে। পায়মা সুংদা অমুক্তা থল্লুদা স্নাহল? কেগে মোইরাং লৈবাক্তা মৈরা চমক্লনা থিবদা, পম্বৌ মানবদি

য়াওরোইনে। য়েলহৌভৈগী চৎনরকপী খোংচত্তসু, মালেম লৈমনী লুমরা, পলেম ইমানা মহেল্লী। শোংমদোল অতি-ঙানা য়াংবরা, পন্থৌ ইপানা মাহেল্লীদো স্লাহল। অদুনা ননাই ইপুনা হায়জবদি—(নপাবুংগী অশাও-থাম্মী নেমহুন'সি কোরৌ শীংখুম মরীনিদং ওইরবসু, অঙোম ময়মদা য়াঙ্গোয়-রুবা অসিবু—স্লাহল ?

থোইবী—করি য়ানোদা ইপু! নত্ত লাইবক চাউবীসে, ইপুগী সমুনমদা চাউরকপগী খোথাক নাইদনা, ইপু ইপু কৌজবা ঙম্মনি। পন্থৌ হনবা নহাক্লি, লৌশিং চাউবা অঙম্মনি। ইপুনদুম তাকপিগদ্রা হায়রগা—য়েংঙোয় ইপু—চীংঙু মানরা, নমু তাইবংনরা সুপী নিপা মপোক অন'সে থেম্নহল্লিদোসে। সুজা ওইবী মপোকসে তোনপ্রদরবে ইপু—?

(চৈংখুবা চীয়োন তৌনা য়েংদুনা, মথুক্তা অইবা চে অমা পায়রগা থোরকই। মাগী য়াদবা উদুনা শাউনা হায়রকই )

চীংখুবা—ইপু থাম্নু—। মাঙম্মনদি চেন্দুনা হিংগদ্রদো, য়োং মোইরাং চমু লমকেৎপী—। কায়রোই ইপু- কায়রে ই চৎলু, হৌজিকমক খিনগদোবনি। তরা শংলৌসু পীজসু, চরৈ অতোপ্পা পীরুহ। মশাদা পক্লিবসি নত্তনা, লংলা অমকাও য়াওকদে, ফুঙ্গা নাইগুম থাগদবনি।

লায়ুপচিংবা—অজ্ঞা—নমোম লাংলেন ইবেম্মদা. মপুগী নোংদম-খোল অহুবু—!

চীংখুবা— ইসে— কৈদৌরিবগে ইপু—? চৎলু য়াত্রগা হাওবা
ভুংবুন পরৈ কিহুমা. হুয়গং থাংহনা চিংউ লম্নহেনবীসে।

লাম্ পচিংবা—স্নাহল—ননাই ইপুবু—।

থোইবী—(মশম মনা ইকা ফাম্ভনা চীংলেম্না ঈরা চেম্নি) ইপু—।

মমাতোন—অজ্ঞা—মপুগী স্না নোংদম অসিবু—!

শেম্নু—পন্থো অপোকপা—পন্থো অপোকপা—!

চী'খুবা—ইয়া—মভোয়নরা নখোয়, নশিল লৈবরা হায়। চৎলুনে
ইপু পুখ্রানে, মশক অসি য়েংবনা মিৎলী নারে, লাইমল
কাওলে। অদুগা সে—সিগা পুখো ইপু।

( চিঠি ফাক্তুনা পাই )

চিঠি মরোল।

থোইবী হায়বীসে, ঐনা পোকপনি নীংকদে। ঐগী মায়
য়েংকদে হায়বা ইন্দবী মুপীনি। ওসিদগী নহাকী নকমদা
মীনাইগুম য়োম্লবনি। লোশী পাত্তা লোং খোনবৌ চীংগী
শিংজা লাংনোকো, শেজা য়াংথৈ পীরকউ, কাওজা মমল
অদু কেগে লায়রবদা য়েম্বোকে, মোইরাং লৈতবদা পী-
থোকে, চীংখুবা ইচা লৈজদে ইচানি হায়না খন্দুনা নহাক্না
ঐবু মীরায়বা, ঐহাকপু হাৎপা শকউকো।

সে—ইপু মসি পীয়্ ইতাও ভুমুরাকপদা। শেনবী পনাং-
খোংদা য়োম্বোকে, য়োং চাগদৌবগী মচা লমহেনবী।

লাম্ পচিংবা—অজ্ঞা—। ( চিঠি লোই )

মমাতোন—মপাবুং স্না-য়াথং তাকপিরিবা অসিবু—।

চৌংথুবা—নীংবরা নঙ—তুমিন লৈয়ুকো।

থোইবী—শেনু অচানবী—।

শেনু—ইবেম্মা—।

থোইবী—তারেদনা নহাকসু, পায়মা লৌশিং চাওবী নহাক্কি। লম্বেল চুন্না চত্তুনা পম্বো য়াথং তুংইন্না, করেবা নীংচাক চারুবগে, শেম্বী পুন্ডদা' লৈজরুবগে নত্তাদি।

শেনু—কব্রি য়ানো তাকপিরিবসিবু স্না ইবেম্মা।

চৌংথুবা—হায় লমকেংপী তাংজা মমায়দো ইকায়প্রা, হৌজিক নক চৎপিখ্রো য়েংজনিংঙ্গে নশক্কো। কেপে লৈকোয়পুন্ডদা চৌংথুবা ইচা লৈজদে ইমোম শেনু নত্তুনা। ইপাগী ইবেম্মা শেনু—নঙতনি ইপানা ক্রুয়জবা হায়বা ইনবা ইমোমনি।

শেনু—(মনাতোনলোমদা) কনাবু ওইরবনো ইমাতোন?

চৌংথুবা—নঙবুনিদনা চৈরহল। (মমাতোন চঙখি)

শেনু—শেম্বী-পুন্ডদা য়োংজবা তারি ননাই শেনুদ।

চৌংথুবা—কররা ইপাগী শেনু!

শেনু—মালেম থক্তা হৌবা পামেলমা নোংলৈ-মুংশিৎ লাক্তুনা মঙ্ক মনা ভুরবদা, মশাস্থ য়াওবা হৌনশানি।

চৌংথুবা—নঙশুরা, মচায়নরা হায় শেনু।

শেনু—নমোম ইবেম্বী নত্তুনা, কনাগীস্থ মনাই নংচদ ননাই শেনুদি।

চৌংথুব—ইয়া য়োং চিন্নায়দবী অসিসু মপাগী চিন্থকমক্তদা খুমইনা, চৎথোকখো চৎলু— হায়।

( শেন্নু চৎখিদুনা থোঙজন্দা য়েংজরি )

থোইবী—পন্থৌ অপোকপা—নমোম লাইবক চাউবীবু খোয়খা লিনখা থাবিনু, হায়বা ইন্দবী নমোম্মি হায়দুনা পন্থৌগী থাম্বীগুম্বা নয়াথং, শেম্বী পুভদা য়োনবিবদো চরৈ ফিপাও শানা য়াজরে। নমোম্না মালেম থক্তা তাহল্লরয়োই। ( খুরুমই )

চৌংথুবা—কনানো থোইবাং চম্নু লমহেনবী কেগে মোইরাং লৈকোয়পুভদ চৌংথুবা ইচা লৈজদে।

( মমায় লৈথোকই থোইবী হৌগতুনা চৎকে তৌই )

হায়-এংথুরেম্বী—( মমা থোরকই ) মপা য়াথং খওইদবী কেগে চম্নু লমহেনবীসে, নিংথৌ মচাগুম কেনা মোনা চৎপা য়ারোই। মীনাইগী পাংথক্ত থাগনি। লিক্লাং পুম্নমক মুন্দুনা লৌহৌ।

মমাতোন—মপুগী পায়মা লিংজেল অদুবু —।

চৌংথুবা—চৌংথুবগী চিন্থক্তা—নীংবরা নঙস্ত—।

মমাতোন—ইমাগী ইবেম্মা—করম্মোনে ইমাবু--?

থোইবী—এঃ—ইমাতোন—।

( মমাতোন থোইবীগীমনাক্তা চঙলকই। থোইবীন্নু লিক লৌথোকপা হোৎনরি। মমাদা পীরে, লৌরে।)

চৌংথুবা—হায়—হৌজিক ফাওবা কৈদৌরি ? মশক অদু য়েংনিংদে (শাউনা হৌগৎলগা হায়রকই) কদায লিক্লাং অদু।
(মমাতোম্না লিক পাগে তৌই, ভাইচমদম্বা লৌরৈ।)
লাইট ওফ

---

# ১-২ লম্বী

শৌরা, তোম্বো অনী য়াম্না কেনা থোরকই। শৌরা ফিজাকক অমা পুই। তোম্বোনা লুকথায় মচা অমদা ফনেক, লিক, ইনফি পুই, মতম—মুংথিন তোম্বোনা লুকমায় পুবা, শৌরানা ফিজাক পুবা

তোম্বো—হায়মি—তা শৌরা—।

শৌরা—ইবেমতোন—।

তোম্বো—ভাইথো হায়মি—এনা হায়দি—মী চিকইডেসিদা রা অমা হায়গে হায়মি।

শৌরা—করি রানোনে ইবেমতোন ?

তোম্বো—সে—হায়মি—শরিসো—(য়াম্না ইকায়না হায়রকই) মাঙোন্দা করি কোগদগে হায়মি ?

শৌরা—কনাদবুনোনে, এথোয়গী ইবেমতোম্না হায়রিবসিবু ?

তোম্বো—মাঙোন্দবু হায়মি—।

শৌরা—মা হায়দো কনানো হায়মি—? ( রাঙাং লুরা )

তোরো—( হরাও ইকায়না হায়রকই ) ঐখোয়গী ওইদৌরিবু হায়মি ?

শৌরা—হে—হে—হে—অচুদি, কোদগুম কোশিন্না, হংদগুম হংশিন্না, নমহায় ওই করিওই কোতায়য়ে ইবেমতোন।

তোরো—অচুদি—হোয়—য়েংঙো হায়মি—সিবি—আ—উম—ই—স্থম হায়দোরা হায়মি ?

শৌরা—নত্তেদা ইবেমতোন ! ঐখোয়না হৌজিক শীজিন্নরিবা রাঙাং শাঙাং অসিনা, মতম অচুদদি থিং পোকওইদা। শংলৌ মখেল-মক্তা লাংবদা, করিনা থিং—য়ুমথাং লান্না চংলমদাই, মাগী য়াকা য়েং—সিদ-তুক-সিনিমা ইবেমতোন।

তোরো—( য়াম্ন শাউনা হায়রকই ) হি-ইস—মানা কৰি হেন্দুনা ঐনা কৰদা রাংপগে, শরিশে চায়রোইয়ে। ঐস্ত ইবেমশা ইপানা অঙোম নিংথৌনি, পালেম্না থুরায় লৈমনি।

তোরো—ইবুংনা তরেং শেলুংহনবনি। কেগে লৈমরোম তরেংনা ঐবু হেক উবদা, ইবেমশিঙ্গা—ইবেমশিঙ্গ—তাদ্রা হায়রমি ননাদো ?

শৌরা—কৌনৈদা, শোইন্নেদা অচুবুদি। অতাবচুদি তায় হায়সিঙাই, অউবা অচুদি উই হায়সিঙাই। তায়, উই ইবেমতোন। অচুদনে হয়েং মতমত্তু লাক্লবদি, থবক শিল্লম থুদিংমক, মাগী য়াকা তুংইন্না চংনিংই চংঙমদা য়েংনিংই য়েংঙমদা—লুপ্রেদা ! অতোপ্পা মীচা পোক্লিদে !

তোয়ো—অতোপ্পনা কৈদৌনি হায়বি, থওই উশিত্তরবদি, ঐদি হেক্তা থৎনগদৌনি।

শৌরা—মাংগে মাংগে ইবেমতোন—ইমুং মহৌ লাঙলনি থৎনা চৈনবা য়াদেকো।

তোয়ো—থৎননি-থৎননি-থৎনবদা হায়য়ে, মমিং কাপ্পদুম কৌদৌনি!

শৌরা—হে—হে—কৌহৈদ—কৌহৈদে—মীনা ঙাওয়ে হায়রোই-দরবে করিনো!

তোয়ো—ঙাওইকা হায়দৌদি মতিক্লা? হৌজিকসু হেক কৌবীনি, থোইবী—থোইবী—থোইবী—।

শৌরা—ইহে—হে চৈনবম্মেদা! ইবেমতোম্না হায়বনা মঙ্গাই-বেম্ম—ঐনা হায়রিবনা……ইবেমতোন—হা—হা—হা—!

তোয়ো—মাইকৈদা ঐদি—ঙা শৌরাসিমা—।

(অনৌমক নোকমিয়ৈ. শঙাইদূ অমা চঙলকই)

শঙাইদূ—এঃ—য়াম্বা—ইঙো সেলুংববু লৈহৌবরা?

শৌরা—লৈহৌই য়াম্বা, মপু মা য়াথং করম্বা?

শঙাইদূ—থোইদোকপা মত্তেমা, মচা ইবেম্মগী মরমদা মা য়াথং অদুক—ইঙো শেলুংবদা হায়রু হায়দুনা—।

তোয়ো—হায়মা করিনো হায়মি—লুহোংবা নকশিন্নরুবরা হায়মি—অঙোম মমুমগীদি মদুকরা ঙমজরোই। য়ুম-কৈ কপ্পা শেমজায়রপোৎনি। য়াত্তা-কোনগী মতৌ ঙমজা ঙমপোৎ নত্তে ঐথোয়দি।

শঙাইদূ—ঙ'স হয়েংমক্তি খোকথিরোইদৌরিমাম্লে ইবেমশিজা।
মনাও ইবুঙোনা মচা ইবেম্মা মমোম লাংলেনবু, হৈত-শিংদা খঙনবা, মপা ইবুঙো তুমুরাকপগীদ'. মঙানি ওয়ানি থাগ-দৌরিবরা। অতুদি ঐদি অদুক—(শঙাইদূ চৎখি)

( শোরা মুন্না রাখল তোই )

তোরো—ত শোরা—"মা" শেম্বী পুংদা চৎতৌরিবোইরে।
শেরা—কমদৌশিবা শরিসো, মিংগৌ লাকৌসিনা। অমুক-তোইবা অরাক অথুম তম্মুদুনা—ঙানি ঈশিংনিংসু খঙদাসিগা হুম—।
তোরো—মিংগৌ হায়সিবু—করি কৌগদগে হায়মী-ঙবু ?
শে'রা—লাক্লবদি ইনম্মশিজা কৌও ইবেমতোন।
তোরো—ইনম্মশিজা—ইনম্মশিজা—। য়েংঙোয় হায়মি ত-শোরা ভাচোখোয়না হায়রিবা, কবোগী মুকিলং মুগালং হায়হুদি—ফজখ্রে হায়বু—।
শোরা—আ....ফজৈ হায়য়ে—। ননম্মশিজা হন্দক কবো লেং-বসিদা, মচল ইবেম্মগীসু তম্মকনি হায়মি।
তোরো—মাইকৈদা—ইকায় হায়মি—(শোরাদা ইল্লি) য়েংঙোই ঐদি নুংঙাইজরে হায়মি, ঈশৈদুম শক্তোকে।

( তোরোগী ঈশৈ )

স্নানা—কবো য়োরগা—পদাংখোংদবু থুংলগা,
মুকিলং মুগালং—তম্মকনিদো মচলগী॥

ভাশল্লা থুদাপক্কা—শম্মোক্লপবু শরা শন,
খুংচেৎ মচিবু লাংজুনা—কেগে থারি য়াবিথক,
থেক্লা জাইনা চংকেদো—মোইরাংনা মিংচৈনশনু,
কেগেদা মিত্তানসনু—শোম্লসনুকো ভা শোরা॥
ইনম্মশিজা লাক্লগা—কবো ভাবৈবু কোংগেদো,
শেম্মীপূংদা ওংলুবা—লংনগেদো খঙগমি।

(নোংবান শঙাইদুগা চত্তুংকই, ঙৈশে থরা ভাগোই)

নোংবান—খঙগন নখোয়—হায়—শোংয়ং করিনো বুদ্ধ, নত্তবু মীংবরা নঙ...কেগে থারী লমজাওদা মজরে হায়, নখোয়না ঐবু য়োল্লগা, চত্তলকউ খঙগনি। কোংয়াম্বা ইভিক খঙ-ঙোয়দ্রবদো, নক্ক শুম্ম ওমহনগে। (শঙাইদুদা) এঃ—য়াম্বা, ঐ নৈলহৌরে, চৎপিরো কনবা অদুম—।

শঙাইদু—কনি ইঙো শেলুংবা।

(শোরা, ভোরোবু থানা য়েংলপা, নোংবান চত্তখি)

শোরা— (শঙাইদুদা) করিনো মকপ য়ম্বাখেয ইঙোনা ভাক-পিরমইবা অসিবু ?

ভোরো—হোয়নে করিনো হায়মি অঙম্ব ?

শঙাইদু—ইবেম্মশিজা, ইঙো শেলুংবদো পায়মা খোয়রাংবরা করি-নো ? মজাইবেম্মনসু পায়মঃ শেংমজংদবরা। থুমন মতাকথকী নোংয়াম মশুংলাংগী, কবো লোই থাবা শইরমালে মনাও ইবুঙোনা। (চৎখি)

শোরা—( য়াম্না রানা হায়রকই ) অদুদি ঐদি মাংজরেদনা! হুম ইবেম্মতোন—ঐদি হক্তিনবা য়ারোইদোরে। ইবেম্মতোম্না তুং-ইন্না, তুং ইন্না তাকপিবদুবা, থোকইবা নত্রদো! ঐবু হৌজিক কৈনো—ইকায়দ'—।

তোরো—( তোরো রাখল খল্লগা হায়রকই ) ঙাইখো হায়মি তা শোরা—অমুক্তা তুমিন লৈখোদা হ য়মি করিনো!

শোরা—ইবেম্মতোম্নদি তুমিন লৈয়ু হায়বা—! ঐনা হোরেল ইনম শাজৈ চাবদি, মোইরাং কনা য়াওরোইদো!

তোরো—লৈরে হায়মি—লৈরে হায়মি সে-রাকসু। তা-শোরা সে—লাউ হায়মি, সে—" শী " শিজিল্লো, " শীমন " ইনশিল্লো হায়মি ( শোরা লৌরগা শিজিল্লি, ইনশিল্লি ) নত্তে সুম হায়না হায়'ম। ( তোরো শেম-শাই )

শোরা—করিনোনে ইবেম্মতোন!

তোরো—ঙাইখো হায়মি—" শীমনা " শেৎচিল্লো হায়বা।

শোরা—হে—অদুদি করিনোদা!

তোরো—হোরেল খরায় থোজান্দা ঙাইরমচুনা. শনৈবী রাশা শাজৈনা নউল অদু তৎলমথৈ কারল লাকপিরনি হায়মি শাজৈ চাবনদি ফবরা অদুগীবু হায়মি!

শোরা—হোয়নে—অদুগা —!

তোরো—পল্ত্রো মকাইদা য়োৌথিসি, ঐ কনবীগে হায়মি পাবুংগী শঙ্গাইদা লাম্নকা চৎচসু, ঈপোম ঈরাং হৌহজনসু।
( শোরা তম্না হৈনদনা শেৎলগ'. তোরোগা চৎথি )

লাইট অফ

# ১-৩ খেউ পুঙ

## মতম—অয়ুক—চাকচমাও

খম্বা য়াগী চৈশু অমগা থোইবী ভাইদুনা লৈরমই। থোইবী লাম্লপচিংবা চঙলকই। খম্বা থোইবী উনবদা মমিত্তা ঈরা চেনৈ। রা ভাঙবা ভয়দে।

( খেউ পুঙ খম্বগা থোইবীগা বিদায় তৌনকম )

থোইবী—ইপু—লমদম অসিবু করি লম কৌবগেনে ?

লাম্লপচিংবা—ইবেম্মা—লমদম অসি, লংলেন থোইম্বা হায়বদুনি।

থোইবী—থোইয়া.. ... পম্বোগী মদাইরেম অংম্বা নশূবু...।

লাম্লপচিংবা—ননাই ইপু—স্নাহল। (লাম্লপচিংবা থরা চংথোকখি)

(খম্বা মরুম অমদগী থোরকই। অনী উনবদা মমিত্তা ঈরা চেনৈ ভাইহাক রা ভাঙবা ভয়দে )

খম্বা—লেঙবা ভারবরা স্নাহল ?

থোইবী—ননাও লাইবক চাউবীবু, পাম্মু, নঙগী পকাদা, করি হায়না পাউদমজসিগে মুংশিবা ! পাম্মু নশুংলাং, য়ারৌ শজি ভুবাব-শা, ননাও ঐনা ওইরেদো। লিংজেল-খাবা পম্বো ময়াথং, শরাক যবা পাম্বা মচু। ওই, শেখী পদাং-থোং তাম্মা শাথোরব্রেনে ননাওবু !

খম্বা—স্না-পূক্লিংদা লেপ্পিরবরা স্নাহল ?

থোইবী—মাঞ্জা নয়াংংতা ভাইজরি ননাওনা—।

খম্বা—হা—হা সনাহল—ঙসি শেম্বী-পুঙদা লেঙঙমদাই, পাখং ময়াবা ঙাইশিন্না, লমজা ঐবু লংববিরগা, নিঙোল পুক্রিং পেনবিরগদ্রা ?

থোইবী—এঃ—কররি পাউরোন হায়রবগে লোইয়ম্বা ?

খম্বা—পাখং ইপুক খঙবিরিবনি। খঙনা—খঙনা—উনা—উনা, পাখং ইপাউ ঙাইবিবনি, নিঙোলগী শিন্নম পাঙনবা ৱাংইনা থৌদাং তোন্নমওই, পায়মঙ্খুংদা খনবিখোইনা স্নাহল।

থোইবী—কররি ৱানো ইমানগী মচা নঙবো। কররি ময়াখংনি হায়রবগে ? লেমৈ ঙারম তাবনৈঙদা, লোক্তাক লাইজ্জা মায়য়োক ওই, ইবুংথৌ কাংখোঙ পন্দুনা সমরিক মচুম থক্লবিবা, থংলেন নঙনা কাউবনা মনাওদা 'স্নুম তাকপিবনি !

খম্বা—কররি ৱানো স্নাহল তাকপিরিবসিবু ! লমলেন ইকোপ পাবনসোয়গী ঙাংবা-নিংথি ফাববু, নুজা কনা মশুংলাংগীনো ? উকায়—ফাসং কাপথৈঙদা, পাখংবু ময়াইবী লোগে থোৱাংবা, অঙোবা লোংনা ময়াজখি। লমলেন খোয়রী কৈথেন্দ। লাঙ্গোই ময়াইশা মখোঙদা, উপ্পা তারে উপ্পা চিং, লোংনা তারে লোংনা চিং, ঈঙাং পাক্তক্কা ঈমু পামকেন্না শিবা মচেৎ খাক্তুনা লংখোক্লম্ববু—মোইরাং কনাগীদমক্নো কেগে কনাগী নত্তেদো, নুজা নশুংলাজো নত্তবরনে পামুবী ?

থোইবী—ইশুংলাগী নত্তে কনানা হায়বগে ?

খম্বা—অদু ওইরবদি স্নাহল্—মপু ঙ্টদা তাক্কনা_ কনা ৱাবু লৌদুনা, শেম্বী পুঙদা কুমলগে লেঙঙকপনো ?

থোইবী—ননাওনা পামুবা নয়াথং হিক্কোকচগে হায়জদে। পম্থোগী য়াথং খাম্বী নৈরি অসিতদি—।

খম্বা—য়ারোই স্নাহল। কেগে পিতৎ পাতংপা, মোইরাং সারানা হায়দুন', ইচু শোম্নি খম্দুনা, লাকচবা থিবা নম্রদো? থুমল নিংথৌ থোঙ্গাইবা, ইন্নুং পিথোক য়ান্নমবা, লমজা ঐগী য়াম্বনি। নোংয়াব-পুডদা শাইহোংলসি, থুমল পুডদা তিন্নরসি। কেগে মোইরাংদগী হনকদে—শেম্বী পূডদগী লেং-কদে। নুজা নশু লাং পাথং য় ইবা য়োম্নবনি, লেংলসি থুমল ইশাউকোন্দা।

(থোইবীগী খুজেং পায়রগা চিংই)

থোইবী—পামুবা—:পাম্বী চেক্লাগী শামা পাঙন্দি "মালংবা" মচাক্নি। লেপ্লে ভাগী পাঙল ওইবদি "লাইজা ঈশিংনি"। ননাও ওইবীগী শামা পাঙম্না "লোয়ুম্বা নহাক্লি" মাঙ্গনা পুক্লিং অচুক যাংলবদা, চায়সি ইত্তিকসু ওইদা, হায়দসি মোইরাং নিঙোল চেম্থ'—লোয়দা—নিঙমদবা খাম্বীনা চাক-থেক্কুনা কেন্নসল্লদা নুজা ওইবীগী হকচাংসে।

খম্বা—হায়বিয় কৈদোবগে তাসিদনা স্নহল?

থোইবী—থোইবী কোবী ঐহাকসে নিংথৌগী মচা-নুপীম্র ওইরে। অত্তব নিঙোল ওইবী মপোক্কা, থোইবী ঐগুম্না লাইবক থীবীদি মালংসিনা য়াওরম্রে।ই। পোইবী চাউদা কা অয়ুক শিংজা লাংঙুবী, ম্নাকইম্র হিদা তোং, নুংথিল লেপ্লে

তান্নুবী, চেক্লা ওইবী নিংথোল লেংমাইবীগী কাংথোক্পা কল্লকক্রেদকো নমাওনা! থোইবী ইহানখক্কী কেগে-চম্ব থিরুক—ঙম্বা তাহৌরগদবনে করম্বো!

খম্বা—হা—হা—স্নাহল—।

থোইবী—পাম্বা—তিল্লাং খোয়দানা অমুক্তা খম্বুবীয়। লৈম-কোন্দম্ব চাউরগা, মুক্তা ওইবীগী মপোক্তা. তোকইদবা কমন তোকহৌবদি, নিংথোল থোগাংখক্তবী, তারোইদরনে নমাওবু?

খম্বা—ফরেনে—নপাবুং স্না-য়াথং ইনবীরুরোদনা অহুদে।

( খম্বা চৎকে ভোই )

থোইবী—এঃ—মরিনি হায়বগেসিদি! পাথংনা ভংয়োম্নবিরগা, নিংথোল চম্বুদা থঙজিনখৌবদি—! মুপা ওইবা ময়মচৎ, খোয়চৎনবা মহৌশা, করি পুবচেল কৌবগে? ননাওবা নিংশিংজনিংবদি, মুক্তা ইশুংকাংগীদমক, পাথংনা অরাবা কোঙ্গায় খাঙথিবা, মাঙ্গা নহাক্কী লমনবু, খোয়ুম মানা কুবীবা তাংকোসিদা, শিংবা ঙংহৌত্রবদি মংশিবা, থোইবী এংগী কাংথোকসে মোইরাং চম্বু চেহ্নবানি। অহুগী মখক্তা য়াদবা পন্থো য়াহন্দুনা, তাদবা মোইরাং থাহন্দুনা, পামদবা নোংবাল মমাঙদা, খুমন নশাইদা থিঞ্জবা থুয়া-থাদা নিজরি।

খম্বা—মুংশি খাম্বী হৌখিবনা, অচুম অরান খহুক্রে। স্না পুন্নিংদা অহু য়োরবদি লেংবা তারেদনা কমদৌনি।

খোইবী— পামুবা—মুংশি নয়াথংদি ক'জরে। অচুবু—মাঙ্গা ওইবা নরমচৎ, চীংজাও খোইমুগা পাংথক্লি। ননাও লৈতে হায়রবা, মুংশি নঙগী নরানয়ায় মোগী শীংদা চন্নবী নিঙোল-শিংগী "পোথা-কা" মুজাশিংগী "ভুৎন-কা" মুংশি-কা অচুদদি থম্বীরমউকো ননাওগী।

থম্বা—করি য়ানে' স্নহল। মু'শিব' হায়বা অসিনি, থাপ্ল থাপ্লগা হেনবনি, খায়না লৈদা ইক্লগা অহোয়নচুব লংবনি।

খোইবী—পোইরৈ ভায়া চৎলমদ'ই, মুপ'চা ওইবনা ননাওদি ক'রি খোাইনা লৈজদে। পামুবা নাপ্লদা, নমাৎনা লৈরাং খেৎচগে, মতম কুইনা কাউদনবা।

( খোইবীনা থম্বগী মনাদা লৈ থেংলি )

থম্ব'—পাথ'দি লায়রবা লমজা মচানি, করি থু.দাল লৈজদে। খুয়োল "তেবী তেশবা" মতাং তরেৎ পানবা "চৈশুসে" নিঙোলগী পাজল ওইনখো। পাথং ঐম'ক্ল থম্মুনা, নিঙোল পুক্লিং লোপ্লিয়ুকো মুংশিবী।

খোইবী—(চৈশু কোম্মুনা কপই) পামুবা নঙবু করম কায়নর-সিগে, মু'শি করম শেৎনম্রিসিগে, ননাওবু ক'য় ওইরসিগে মুংশিবা—!

থম্বা—করিগী থুদাং পিয়ম তৈবগে স্নাহল! চীংলাংমৈগী শীঙেল "উথম্বালবু" ভমজবী নিঙোলগী মিৎস্না অম'দা, চীংজুম লইজা ঈফুৎখোক, থিঙেল লাইজা ঈনম খায়, তরংগী

লাইজা শিন্থবা, পাখংনা করম য়েংশিগে ! মতৌ অমুম লেংখ্রবদ, পাখ'দি করম লৈহেনি। মুজা নথোরাংনি থন্দুনা, লিংজেল ফবা উংশিযু নোক্লা নোক্লা লেংবিখো। স্নানা সুংসুক মুংজা লেংখ্রবদি, কোরৌ মৈথা লাংলবা সোরোক য়াংবৌ থক্তা', য়া''দো তিম্‌হৃাক্লা চোংবগুম লৈহৌবা তারি পাখ'দি। নত্তে, নোকউ স্নাহল অমুক্তা নোকউ। লমজা পুক্লিং হুখিব', মোমোন নোকপা চে'লোদো, পাখং ঐগী লকাদা নাং'থনা য়েকগোরসু মু শীা—নে'কউ পামুবৌ অমুক্তা নেকউ।

( থোইবী মুংশি ক'য়নবগী অরাবা মীনোক্তা মোমোন নোকচৈ )

লাল্লুপচিংবা—( মমু'দগী হায়রকই ) স্নাহল—।

থোইবী—ইপু—। ( লাল্লুপচিংবা থে'রকই )

থম্বা—মপুগী মদাইরদ অঙম, নশু লাইবক চাউব'সে, ইপুগী নফমদা শিন্নক্রববনি। লৈমকোন্দঃ শীঙেল মনিংতৌনা শাংলম্বী, মহাক্লা শাবলতোংদা লৈরাং থুইকম শাংলুরনি থঞ্জরুবদা, লায়রবা নশু লমজাবু, রাখলগী লংজিল পুনথরে ! ইপুগী লমন, নশূনা ত'ংলো অমদ শি ক্লগে.কা অঙম্বা।

লাল্লুপচিংবা—পায়মা মুদা মু'ঙোলগনু শাক্তৌ, ম'তিক চাবা মফমদা, ইপুগী য়াইবী পামু'রাই।

থম্বা—অত্নুদি ইপু… ……স্নাহল… ……

থোইবী—লোমুম্ব ……। ( থম্বগী মথোঙ-শোক্লা থুরুমই )

লাইট ওফ

# তুমু নিংথৌগী কোনুং

## নিংথৌ অমদি রায়েলকোক

### মতম—নুমিদাংবাইরম

রায়েলকোক—ইনিংথৌবু—চদক মরক অসিবা, শরুং কেথায় হেন্নকপ, নত্তবা খুদম উংলকপ, চয়ুং লমদম তুমুসি, করি থোক্লগবা অজ্ঞা—।

নিংথৌ—মাঙলমচং ইবুধৌশিং হক্তা থোকখিদ্রিবা খুদম, যেংহৈনবা পোৎশক, চৌওউ মানা উংশদি. ইনুম করো লৈপকসে; মৌবী পুংশং থেংনাদৌরিবর। নত্রা লৈপাক তক-মাঙহনগে মতাংদা থল্লিদা অত্তবা, নিংথৌ এগী পায়ম-শুংদা রাথল লমকংনরিদো ?

রায়েলকোক—মানি অজ্ঞা—। পায়মাংসুদা খনখিবা, খনখিকর থোকইদো। মনাই এখোয়না অতুক তাবদি, নবুদো শরাং পেন্নবা খোয়ুম মানা লৈতাবিনবা, করো এখোয়গী অমত্তা ভায়জবা, রাহোং থকপা কিয়ালসে, নবুদে লা কংকে লেপ্পিয়ু।

নিংথৌ—মানি অত্তম মানি। করো এখোয়গী বারা—নারা তাংলোদা চাংউ মাবু নত্তনা, শরৈ-চেৎনা মিঙ্গো লঙ্গেপ লৈজদে। ( মশুৎ লোম্বরগা শরাংলাই থুকমই ) নবুধো চবুডা রাইকরেল, নম্বুন করো লৈপাকসে, থুঞ্জাও-লৈমা উহনবায়ু,

লে'ত্তাক থরাশাহল্লু। করো ঐগী ওইজবা রাহোং-তোংবা
ফিরালবু" চৈংউ নণ্ডোন্দা কৎচগে।

( শণ্ডাইদূ চণ্ডলকই )

করো শণ্ড ইদূ—ননাই ঐমা পুজবা থা থংবা হোজওদ', মশক মচু
অতোপ্পা, ফিজেৎ-চাকচা তোণ্ডাববা, মুজা ওইবী অমগা
ভম্বা ওইবা অমগা, মপু থুরুমজগে থুংজরে।

রায়েন্দকোক—উম—মরা তাপে, মপাউ লে'গে পুশিন্দকউ।

( শণ্ডাইদূ থোকথি )

নিংথৌ—ইয়ুম করো মচ নত্তবা। পোঃরৈ কদোমদগী লাকপা
ওইরমগনি অঙম্ব' ?

(লাল্লুপচিংবনা মাণ্ড খারগা থোইবীগা চণ্ডলকই)

এঃ— ইপুনিনা, ইপু লাল্লুপচিংবনিনা — চণ্ডফিরকউ ইপু
চণ্ডবিরকউ।

লাল্লুপচিংবা—ইনিংথৌ—তুমুগী নৈবাক মপুরেন। ( থুরুমই )।

নিংথৌ—করি থবক্তীনিনা মতম চাদনা শেম্বী ইরৈ-পুণ্ডদা লাক-
পদি ? ইপুগা লোয়নরক্লিবী ইমোম মাম্না চেংলো হেলবী
অসিনা কনানো ? করি ননিং থুংদতুনা, করো ইয়ুম
পাংলকপ' ?

লাল্লুপচিংবা—মপুগী মুংশিবা নয়াথং তাজবদা, মুংণ্ডাইবা পনথৈ
নৈজদ্রে। তরাম তশোক্ত কৌবিবা করি হায়না পাউদমনি।
ননাইগী মাক্তা নীংবা কায়বীগী শকলোন্দা লেপদিবী মুজা

ওইবী অসিনা, লৈমকোন্দা শাৎচবী, লৈরাং মধা তম্লিবী, ফুরজবনা চৌংথুবা, চাউজবনা লৈমকোল, মপু ইবুঙো মোইরাং নিংথৌগী, মমোম লাংবেল চরৈহল, থোইবা হাঙবী অহুনি অস্তা।

নিংথৌ—ইমোম লাংলেন থোইবী—। চরৈহল ইপাদি থঙলু-ত্রেদনা। ইপাগী ইবেম্মা স্নাহল, ইমোম ওইরম্লবদি থঙ-লমগদবনি। মমোম মক্তি নত্তবনিনা থঙলমদ্রে হায়রুনা; য়ারেংগঙুকো ইপাবু। চাউরক্লেদা ইচাদি, নয়ুম মোইরাং থালোক্লনা ইয়ুম করোদা লাকপদা, ইমোমগী কোলোয় লাঙ্কোন্দ্র, মুংঙোনগনুকো লাংলেনহল।

থোইবী—পন্থো অপোকপা—।

লাম্পচিংবা—মপা ইবুঙো চৌংথুনহা তেলহৈবনা, চিঠি চহুম অনৌদং—ননাই ইপুবা—।

(নিংথৌদা কৎলি, নিংথৌনা লোই)

নিংথৌ—পাথৌ মদাইরেম অঙম্বা—চহুম অনৌ শুরকপবু……?

লাম্পচিংব'—লাইরিক অমনা মুংগীনি, লাইরিক অমনা পালগী-নি। মুংগী লাইরিক অহুদি, চেক'শিনবিয়ু প.উমেশ্বরকই নন'ইদ.।

(মতম অসিদা নিংথৌ লাইরিক পাই)

নিংথৌ—ইমোম লেনবী—নয়ুম মোইরাং নত্তে হায়রুনা, পায়মা-মুত্তদা থোয়রাংবয়া ইচাবু? হঙ্গোইগনু স্নাহল। কেয়ো শিংবুম থরদি, ইপাগী কাদা লৈবাতারিদো।

খোইবী—ইপা ইবুঙো খোয়রাংজদে নমোম্না। তাকপিবা নয়াথং পম্লোগী, তাহঞ্জরোই মালেম লৈদা। নচানা ফিগাও-শানা য়াজরে।

নিংথৌ—ইপু—পোইরৈ-তাম-না লাকপদা, শামা-মউ চোক্লরিনিদো?

লাম্ন পচিংবা—মপুগী স্না মোংদমখোম্নি অজ্ঞা।

( নিংথৌ ঙাইহাক ব্রাথল ভোরগা চৌং-লেম্না হায়রকই )

নিংথৌ—ইপাগী লাংলেন চরৈহল—হন্দক ইচানা ইপাগী ইকাইদা লৈবদি, নয়ুম কেগে মে'ইরাংদা নিঙোল ননিং তব্বদি, অদুক য়ারোইদো স্নাহল। হেদো হেরাও কাকদে, খেলা মপুড ফাকদে, হায়রকইদে পাথৌনা—লুখরেদা স্নাহল!

খোইবী—তাকপিবা নয়াথং অপুম্বা, ফৈজা পোপতেক লৈজগে, কোক্লেন থক্তা পুজগনি অপোকপা।

নিংথৌ—লাংলেনহল—মুজ্ঞা নমাম্নবী শানৌ লেঙ্গা মওইনি। ইপানা পোকচবী চরৈহল, কবো ইরৈপাক্তা শাংলিদো অদুক শকথঙ মায়থঙনৌ ( রায়েলকোক্তা ) অদুদি অঙম—।

রায়েলকোক—ইনিংথৌ—। ( সন্নিক চংনিং খোম্বী কৌবা মপান থোকখি )

খোইবী—মুংঙাইবা পলথৈ থেংজরে। ইতাগী মুংশি কোলোয়না করি মিংথোল কৌবগে অপোকপা?

নিংথৌ—নপা ইবুঙো চৌংখুবনা, খোইবী নতোম কুয়বগুম, শেম্বী পদাংখোংদা ইপানা, নভা মদোম পোকচৈদো। শেম্বী

পূৰা হৰাওবৈ, কবো পূৰা মুংঙাইবৈ, ভাঙবা কংজবা কচাবি। সৱৰিক পরেং থোনবগুম্মা, নপা ঐগী তাংজদা অগুপ তরং মণিগুম, লংবা হেল্লবা সৱৰিক্ুম, ইমোম মাগী কেংলোয়বু, শেন্বী ভুমু লৈপাক-পূৰনা, হৰাও-চৈরাক ভমদুনা, কোলোয় লাঙ্গোমখি—সৱৰিক চংনিংথোম্বী।

থোইবী—ম থৈ অসি ভাবদা, চেংলৌ হেল্লমদোবোই নিংহনা সৱৰিক চংনিংথোম্বী—!

নিংথৌ—লাংলেনহল—লাক্লে নভাম্ব। ইপাগী ইবেম্মা চংনিংথোম্বী, লাও চঙলকউ ইপাদা।

রায়েলকোকা চঙমিন্নরক্ুনা মপা থুরুমই। থোইবী উবদা চাউথোক্লা ওকচাউ থেক্লা লেপই)

কপাগী নাক্লা লৈৰিবী, মুজা লেংমাম্নবা অসি থঙবরা?

চংনিংথোম্বী—( থোইবীদা য়েংই ) থঙজদে অপোকপা।

নিংথৌ—কেগে মোইরাং লৈপাকী, চীংখু নহা তেলহৈবা, মপাবুং ( রাঙ্গোল নিংথোনা, মবুথোগী থোকাম পোকচবী, থোইবী হায়বী অদু'ন। ইভা কোলোয় লাঙ্গোম্নৌ

চংনিংথোম্বী—( ইকাইরপ তৌনা ) থোইবৌ ইভা হবেম্মা, থুংলাম তোয়না কৌজরি। ইয়ুম কবোদা লাকপাদ, করিগীনো থোয়নৌ-ও ?

থোইবী- থোয়নৌ চান্নবী—পম্মৌ থুরুমজগে লাকপনি। নভাবু লুনা নাংবিবা, তরাম তশোয় কৌবীবা, মুংঙাইবা পলথৈ থেংজরে। ( নিংথৌ হরাওনা নোকই

নিংথৌ—অদুদি স্নাহল—ইপাগী নাক্তা লৈগের', নত্তাগী মকাইদা লৈগেরা, লাংলেন ইচানা পাম্বদা হায়রুদনা ইপাদা ?

থোইবী—পঙ্খৌ অপোকপা, য়ারগদি মচাবু ইতাগী মকাইদা লৈজগে।

নিংথৌ—য়ায়া করে লাংলেবহল, ননীং ভখা য়াগনি নত্তাগী কাদা লৈজরু। (লাম্নপচিংবদা হায়রকই)

ইপু-থামা মউ চোক্লরিবি, ঙাইহাক পুক্লে-র পোথাক্ল।

ইমুং—শোরা ভৈরগা, কোয়ৌ হেন্নবপা ভাংলোদা, নয়ুম লমদম পাওউকো।

লাম্নপচিংবা—মপুগী লোংদমথোম্নি ইনিংথৌ।

(নিংথৌ ইঙ্গৎ তৌই রাম্বেলকোকা লাম্নপচিংবগা থোকমিন্নখি)

চংনিংথোম্বী—অদুদি—থোয়নৌ ইতা ইবেম্মা—।

থোইবী—কগনি ইতা ইবেম্মা। (থোইবী চংনিংথোম্বী চঙমিন্নখি)

লাইট ওফ

## মুবা, মুকত্রাম থোরকই

### লম্বী—মতম—অয়ুক

মুকত্রাম—মুবা—হৌজিক অসিবু করি থানো ?

মুবা—রাকচিংনিদনা হৌজিক্তি।

মুকত্রাম—(মথুৎ থেক্ননা) রাকচিং—শজিবু—মেরা-—কালেন—লোইদাম থাবুম মরী রাৎলিবা—!

মুবা—করি—করি—রাকচিং—শজিবু—মেরা—কালেন—ঙুংঙাইদা (মোকই) কনানা থাবাবু অদুম খীয়ু ভাকপিরকই ?

মুত্রাম—লানথরনে—কহিদা লাচিবা—। রাকচিং অতক-থা" শজিবু —চেকখৈ ফিহুপ, লমথা কাংমি তম্না-থা মেরা—অনোয় থা কালেন-হরাও-থা

মুবা—অদুবুদি চুমলে—অদুবু লাল্লে হায়বা—।

মুকত্রাম—চুম্লেস্ত হায়, লাল্লেস্ত হায়, নঙগী সিবু করিনো মুবা ?

মুবা—থাগী খোংচৎ থা-শিন্নবা লাল্লে—থা-থা অহুগী মনুংগী রা অদুনা চুম্লে হায়বা।

মুকত্রাম—খোঙচৎ থাশিন্নবা লানগে লানসন্ন, থা-থা অত্তগী মনুং-দা থোক্লিবা খোদোক রাংত্রগা লোইরে। ঙুংঙাইদা কা-লেন থা ইবেশ্মা, করম্না লোয়দামদা লাকদোবনো ?

মুবা—মীসি মীনা থা তদুবু কহিগী অদুক লাকহন্নিংইবা, ঙুংঙাই-কাস্ত হায়বা শারিয়ে।

মুকত্রাম—মী শিগে শিজসন্ন, ঐতা শিদ্রগা লোটরে। মীগীবু হোৎজিক ঐনা রাজকুথিদরা। ইশা ইদোমগীদমকস্ত রাজবা জমত্রবা তাংলোদা, মোইরাং কনাগী রাক্সনি, কেগে কনাগীস্ত রাজরোই ।

মুবা—হায়দুদা' মুকত্রাম, তাবদা ওইনমদবা রা ঙাঙবা হোনদেকো !

নঙবু নশাদগী হেন্দুনা কনাগীস্ত রাদে হায়বা—অসিবু—?

মুকত্রাম—রাদে—রাদে—রাদে—(নোক্ত্ন) কনা মগুংলাংগী রাজরুগদগে !

মুবা —( পোক্তুনা ) হা—হা —চনিঙ-তানা থহৌরবনিকো নঙবো—
অমতুগীসু রাত্রবরবে ?

মুকত্রাম—অমা হায়রবদি কনানো—(ঙাইহাক থল্লি) কনানো হায়রবনি
মুবা ?

মুবা—কেগেদা লমকেৎ লমহাইবী, মোইরাংদা মথা তমলিবী
অঙোম নিংথৌ মযোমলোয়, খুরায় লৈমনা পোকপীখি,
মবুংনা ভরেৎ শেলুংকোক, মচল ইথেম্মা তোরোনিদনা।

মুকত্রাম— হি—হি— ঐথোয়গী ইমেম্মবুদি—খানৌ মশুংলাংগী-
দমক্লিবা ঐনা ঙসাই থাবান হংবদো। লৈরাং মাগীদমক্লি
মোইরাং কনাগী নত্তেদো— "কালেন—কালেন" খ্বায়দা
অশি থা ওইরবসু মুকত্রাম ঐঙোন্দদি সুংশি চেংলৌ থঙনা
থানিদা—"হা কালেন-থা"।

মুবা—ঙাইথোদা মুকত্রাম নঙগীসিবু ?

মুকত্রাম—কালেন মঙাক্নি পানবদা, ইবুধৌ লাইহৌ সুমিত্তা মোইরাং
চম্ব লৈশাবী, মোগী শিংদা চনবীসু, কেগে পাখং চিত্থদনা,
অগ্নি মানবী পুম্বুম্বী, থাওদল মানবী মথুৎ অহনা, মাকল
লোমদা খিদ্দোক্তুনা পানা লমলানপীখিবা, তম্না মানবী
মথোঞ্জেন, হারি মানবী মপাউ থোম্ল নাপচিক্লা ' তা মুকত্রাম
তা মুকত্রাম—কৌখিবা হৌজিক কাওবা তারিদো নাকোংদা।

মুবা—হন্দকী কুমওন হরাওখিবগী রারা ?

মুকত্রাম—হোয়নে—হন্দক কুমওন হরাওখিবদনিবে।

মুবা—নঙগী অচদি লায়বু লায়থি, নহ কুম্মে অমা উংহৌদরা ?

মুকত্রাম—ঐদি উহৌদরে—কররা কুইম্মনো, ঐগী অসিদগী হেন্না থুংঙাইরমগদরা ?

মুবা—মাথং-শূবা নঙগুম্বদি, অহুগুম্বা কুইম্মদো উহৌরোই। মোইরাং নিংথৌ অপোয় কৎলেদো, মনাও ইবুঙো খুবরাজ কৎলেদো, চাওবা, থোংলেন মথং মথং অরুম শারক্লে। লৌশিং চাউবা, নোংথোম্বি, পোংলেন হুযরেল লালথৌব-নিদা অওম্বা অনী তারহুনা, মযোম লাংলেন থাদোইগা, অমুদোন খোংবায় শাখোগা, থাংজিঙ লাইগী লাইথাংদা, জগোয় থোগল তৌইদনা, কযাদি নোংথিরে কয়াদি ফজরে। মোইরাং রা-রা, কেগে য়া-য়া-য়াদা কাবা রাতোন-লোম, উদা কাবা উতোন-লোম, চিক্লা চায়না ওম্বদে, চীংউ মাগী লাই-শূথাংদা, মীনা ক্রৌক-ক্রৌক—।

মুকত্রাম—মীবুদি য়ামহৈদা।

মুবা—অনীগী জগোয় উবনা, অনীগী শাথেক য়েংবদা, তম্বা অমা কম্বা যাত্রেবো। কমকমলাংদগী হৌগৎলক্কুনা, খেক্লা থেক্লা হৌগৎলকপদা, মাগী মনাই শোৌরা অতুনা শরীসো খ য়মক্লো ওমথিম্রবনি।

মুকত্রাম—হায়গুমহুনা—মপুনা ইকায়বা থঙদবনে, মনাইগী শক্লা অতুগা, জুং-চানা তিরবৈরদা! মাঙোন্দা লৈগদৌবনী শরুক পদাংথোংদা লৈজবনা হেন্না ফগনি থন্দুনা, চৎথুবা মচা ইবেম্মা অহুবু, হৌজিক ফাওবা লৌথিনি হায়দুনা থুংঙাইনা লৈথোকপা ওম্বা কাংবু অসে—।

( শৌরা লাক্তুনা তায় ) কেগে মোইরাং অসিদ', মাগুম্বা অনীকা শুংমুবদি—! কৈবাক অসি মথক মথা থোক ওনগনি !

মুবা— ( শৌরা উহুনা য়াম্না উশিল্লুনা ) ওনগনি—ওনগনি—! অমৎক্তং লৈবদা লায়া-কানা ভমত্রবদা, অনী তহুমক্তা শুংমুবদি, কেগে রাথোক চাউরমগনি. মোইরাং মণী লাংলমগনিদা। মপুগী মভোনে, মনাইগী শত্তানে ! মাগী মনাই শৌরা হায়বা অসিবু, লমতা থা-গী " চৌঙ " লৈম্বনা চাকপদা মনা-মশীং অপুম্বা চাকখ্রগা, অশংবা মউ মৈনা চাকপা ভমহৌদবা থরদি, কারুম, কারুম হৌরম্বা অহুবুনে— হেরা করি হায়রে — — ?

মুকত্রাম—উয়ুং মৈচাকপা—।

মুবা—হো—হো উয়ুং মৈচাকপা—উয়ুং মৈচাকপা ! মাদু মান্দ্রনে ?
( অনীমক নোকমিম্নে )

শৌরা—( য়াম্না শাউনা হায়রকই ) কেগে মচাশা—অচঙবা মীগী মরা ভানবা, মীগী রাভাং শাজৎ হেক তম্বা অসিবু, মাঙতুং থরা থরদি য়েংনবনা কগনিদা !

( মুবা মুকত্রাম হেন্না নোকই উশিন্নদে, শৌরা য়াম্না শাউই) রাতোম্না রাংলগা কান্না কমদেকপা হৌনশানি। চেংলৌ হেল্লী হায়দুনা থোইনা হরাওগম্লুদা—লাইথোক অমুক্তা, হগ্গুন হগ্গুন চাম্বনি !

( মুবনা মুকত্রামদা ইঙ্গিৎ তৌহুনা, শৌরা লাকই হায়বা তাকই )

এঃ—অথোবগী মদাইরেম অনীমক, পোইরৈ কদোম পাংবিগে হায়দুনা — ?

মুকত্রাম—ঐন ঙসায় ক্বাক য়াম্না খোংই হায়বদু চুমজ্রদো !

শোরা—মী—ইমা-পুক্নুংগী ওইজরকপ কুচুবু, থাঙ্-থক্তা শেম্বা য়'বা হৌমদেদ ! ইথ কদোম লাকই গারদুন', প'ঙ'ঙ ঙাঙবা, প'শক শকপা অদু—থাংজিঙগী র য়েল লাকনিদা ! কৈ—অহুবু দ, নবুঙো অনীনা নিংথৌ-ঙম্বা অঙম্বা হায়বদু ওই-রিদনা—ঐথোয়গীস্তু মতম লাকখিনি হায়বা !

( শোরা মায়কৈ অংদ, মুবা, মুকত্রাম

মায়কৈ অমদা থোকখি।

কৈরোইজাম্ব, খম্বা চঙদকই। )

খম্বা—ইবাই ইবুঙো করিনো, য়াম্বা অনী অসিনা কেগে খারী লমজাওদা, নোক-খেদুনা চৎপবু ? ইবাই য়াওবা উবদা খরা তুমিন লৈথ্রবনিসে ! পম্বে'গী মনাইনি হায়রগা, ইপাগী চাং তাহনবদি—পম্বৌ ইপাদ' হায়গেদো, রারক চৈরাক কংহনগে

কৈরোইজাম্ব'—করিনো অঙাং—পায়ম'-সুংদা থরুম্নবা করি মতৌ কৌবগে ? অথোবগী মনাই অনীনি—তোকপনা "কৈ" পোকপরা, কৈনা "য়েল' পোকপরা ? শরেন "নোংশা" মচানা পিক্না খোঙাও শোনবরা ? ইপা ইবুঙো মপান-লাং কৈগী মপান নাপীন'-তাং নাপীগী মপান কৈ-না তাং, নমান অনীগী মপাম্না কেগে য়াংবী-থকসিদ' মনিং-মথা তমজবনি।

থম্বা—অতৈ লায়রি ইবাই ইবুঙো— নশেন্না হায়জবা না অদুবু—য়াঙোই নত্রবদি হায়বা—থোঙনা হেক্তা ইশেল ইবাই চৎপা অসিবু……?

কৈরোইজাম্ব—মচু য়'দেনে নোংয়ায়। মী অমত্তংন নাশোল থরদং কংখিবদা, ল'ঙবগী মথক্তা হেন্না অমুক, মোইরাং শন্না শল্লবি।

থম্বা—অদুদি ঙব'ই ইংুঙো—এঃ-আদা লাক্লিবা অসিবু ইমান নোংথোল নত্রা?

কৈরোইজাম্বা—মান্নি হায় শেল্লোবেন—য়াঙ্গে ই শনাবী পীয়ু হায়য়ু ইবাই মকম অসিদা নৈগেকো। (চংকে তোই।) য়েংঙ'য়—য়াঙোই কোন্নৌ থোঙদাংবা অদুসু, অনীমক নিহোকো। অদুগা নমানগী ময়াথ'স্থু নিহোদৌনি, শে'য়নিকে, নোংয়ায় শোয়নিকো—। (মকমদা নৈশিনখি।)

নোংথোল—নোংয়ায় চেঙ্গৈ পাৎলেন ভাবা নত্রা? অ'চকপা মকম অসিদ', করি থল্লমই ইমাকে?

থম্ব'—নমাই ঐ ইমানদু……।

নোংথোল—ঐবু— করিগী নিনা হায়?

থম্বা—ইমানগী "য়াঙোই শনাবী, কোন্নৌ থোঙদাংবা" অনিচু ননাইদা অমুক্তা—।

নো'থোল—করিগী নো অমুদে ন?

থম্বা—মোইরাংদগী কবে' য়োবা সুম্মিৎ কয়ানি চঙবগে, অমুক্তা চত্তুনা য়েংজগে হায়দনা—।

নোংথোল—হাঃ—হাঃ—শাজো হৌজিক "থুগা" চাউরিনা লম্বী

থুদোং চ'দে, য়াঙ্গে,হৈনগা মচিন কনবনে, নথস্তু কৈগী— ।

খম্ব'—ইথস্তা নংচদে । ইবাই ইবুঙো য়াওগনি, মশেংগী ভুং

ভাকপিরে— য়াঙ্গোইডা— ।

( নো'থোল ভাব ভারকই, নোকমি নোকমি তৌই । )

নোংথোল—মথোয়না মীরমদা চৎলগা য়েং ওয় থঙবনা, অচোপ অরেম থায়দনা, কজৈ ফজদে য়েংদনা, মীগী কোঙ্গুং অহৃদা, মতৌ করম চংলুনি !

খম্বঃ—মহুনীদি থোইনা—থোইনা—আ— ।

নো'থোল—ক্যরে নোংয়ায় হয়েংগী সুনিস্তা য়'ঙ্গোই শনাবী, .ক'রী খোভদাভব' পুক্তন', কবে' লৈকাই য়োঙ্গক্ক, নয়াম্বা মুকত্রামদা হায়যু । অহৃগা; মচিন কনবা য়'ঙ্গোইনি, শাজৈ কারন থাকদে, ইমুং ভানবস্ত য়াদেকো ! কেগে তাবস্ত য়াদেদো, মো'ইরাং উহনবা য়াদেকো ! ইমুং মামা ভান্দ্রিটৈ, শভমদা য়াঙ্গাই য়োহনগদবনি । যুবরাজ মরৈ চাউবনি, নোংবান মপুক ফত্ত- বনি, নাপোল খিত্তং কংখিবদা মোইরাং রাথোক ওইগনি । রাথোক চাউবা সনানি, হৈন-শি না চংলুকে , নদ'ই য়াওবগী থাবনিদো, নবাইনা মুরা হায়যুকো, ইমান্দি ইরানয় র য়ো'রণে ।

( মোংথোল চঙখি )

কৈরোইজাম্বা—( খোরক্তু মা ) অঙ'ংদি মীথোং হুকখিয়ে !

খম্বা—কৈদোরবগে ইবাই ইবুঙো ?

কৈরোইজাম্বা—ঐ য়াওই তাক্কু,মু উনবিংদে হায়রগা, ইংশেলনা হান্ন' চেকমন ভাকপ', ঐনা ফবা য়'ম্ব মরুম অসিদগী

খুংনে-শানে হাইববু, ইউ উদবরা ইশেলবু ?

খম্বা—নশেলদি ইবাই য়াওরি তাবউ হ'য়বগুম নীংদুনা—!

খৈবেংইভা খম্বা—শেদোরেন, মথোং হুকখিজ্রে—! ইপা কাংখদা

লোংকে ত বমু হায়রগা, পাব'দ কাংখদা লৈতে হায়বদু

তোরেদনা ! ( নোকমিন্নরগ চঙমিন্নখি । )

লাইট ওফ

১—৬ নুমিদাংবাইরম চংনিংথোম্বাগী নুমগী "কা"

( থোইবী হয়োংপা কি শেন্দুনা মথুম্বা লোং, মখাংদা

তুম্বোল লৈম্নে ত নুংগী মরোংদা, মপান্দা ঈশৈ শক্লি । )

ঈশৈ

রায় কোবা হায়রম্লই—ঙসদে কোবা শোম্লোই,

শরা চীংথক কাদুনা —শীংজা কায়ল লাংবদা,

শামা মউ চে'ক্লদুনা —হুমাং লৈরিক থোকখিব',

কম্লেন লোশী পাংয়ায়দা—লোংলেন খুত্তা পায়দুনা,

ঈরোলম্নুংদা কুম্লগা —লৈম্নে শারম তান্নুবা,

নিঙেংল ছরা পে থ'নৈ—প মু মঙুং লাংগীনি ।

নুংশি নহাকীনি —রায় কোবা হায়রোইদো.

ঙসদে হায়মমু শোম্লোইদো ॥ ( থোইবী চেঙলকই । )

থোইবী—থোইবী ইশা অদিনা, তোরাং-মজা হন্দুনা, হেদো

নাচে চেল্লকাও, ঙসদে কোবদা হায়রম্লোই, নুংশিবা নঙুং

লাংগীনি, পান্মুবা নঙদি উরিরোই, নুংশি নঙদি তারিরোই;

শেম্বী লৈকোয়-পুংসিদা নবাও ঐনা য়াবনে। ইমায়বীগী থোদা ওাইছনা, লেংমায়বীগী পাওখোল্লোয় ওইছনা, পাম্ম, লমন শিংজগে, শ মু থোঙগী য়াথোক্কো।

এঃ - ভাংশৌ অসি থেঙগ্রেনা, কেরৌ-হনবা শঙ্গুমগ্রে।

( ফিংনা ইমুং চঙখি )

( চ'নিংখোম্বী শ'উনা চঙলকই।)

( চ'নিংখোম্বীনা য়াম্না লুনা মমু দ' চঙলকপা । )

চ'নিংখোম্বী – কদায়— হৌজিক ফাওবা হল্লক্তি বমিনে, মীনায়-মুপী পন্থৌ য়াথ' থওইদবীদে . খঙগনি হন্দক্তি চ নিংখোম্বী ইতিক খঙহনগে ! মানা হেক লাকহৈদগী, য়া'লেন অমকাও পোথা-নিঙাই লৈতবনি। ঐবুতা য়াহনগে খন্দুনা ইবুধৌ "শবাং" মীনম্বনা ইয়াল-য়ায়দা পুশিল্লকইবনি। মোইরাং চমু লম-কেংপী ইয়েংও শঙদা চ'দ্রন', ফিশা-ফিথেং ত মতৈ, মাবুতা ঐনা হ'ম্নবা লংলা থদত্তুন' ৎম্ববু, শূনা থয়াক হৈলোকপবু. ঐগী চরৈ লোইত্রিতৈ, মাগীনা হাম্না লোইরকপা। কবো লৈকাই য়কসিদা চেংলৌ হেনবী হায়বীদো, ঐনা মহেল্লে হ'যদুনা পোয়না চাউনা লৈরমই। মান' হেক লাকহৈদগী. ঐগী নাপল লোইরেদো। ওৎকে—নৈগে— মীনায়মুপী—, থাঙবা হম্নগা ইয়ালয়ায়দা লৈয়ুদো। ঙসিনা লোশীদা লোং থোংলহনগ্রে, নহালন' থুম্বতা চীংচেপ্তা নহালনা শীংলা কায়ল য়ালহল্লে, হৌজিক-ফাওবা লাক্তিনেমে, মোং মোইরাং-চমু লমহেনবীদো। থোইবী থোয়কই )

থোইবী—ইতা—ঐবু কৌবিবরা ?

( চংনিংখোম্বী মমিত্তনা ময়েংই থুনদে, থোইবী চংকে তোই। )

চংনিংখোম্বী—ঙাইবিখোদা ইবেমশা— অমুক অনিয়ক কোজবনা তাবি-লাকপি-পোৎ নত্তে, কৌজেনে ইবেম্মা।

থোইবী—ইতা ইবেম্ম' নতানা তাহৌত্রদুনা তৌবনি শাউবিগদ্ধ নতাবু।

চংনিংখোম্বী—শাউবা শাউদবা লায়বু লায়রি। য়েনখোং অহানবদা হৌদুনা, খুপী অমনা কোয়ৌ-চুপ্পা লেপ্লে তানব' চংলুববু, লেপ্লে ঙাবু কদ য়নো! মীগী মত্তৌ য়েং'লিত্তে, লেপ্লে অমকাও ফারিরোই, মীনায়না ময়মাই শূবনিন'!

থোইবী—করি য়াম্মে' ইতা ইবেম্মা—অদুক থীনা তাকপিববু—কদায় লেপ্লে য়েংপে লোইরেন'!

( থোইবী ইমুং চংখি, চংনিংখোম্বী শাউনা য়েংহোই। )

চংনিংখোম্বী—মানম্ব ঐহোন্দ থুম' শাম্লিয়ে, মত্তৌ-হায়শাদি চৌংখুবনা পোকই মাপল তৌজবা শারদুনা! মপা চৌংখুবা হায়বদো, ওম্থোক্লা চেংপৌ খঙনিংব্রেদা।

( থোইবী "ঙা" পুথোরকই। )

থোইবী—ইতা— অসিদা লেপ্লে লৈরে, অমুক্তা মীৎয়েং তাবিয়্।

( চংনিংখোম্বী য়েংই। )

চংনিংখোম্বী—এঃ— অসিথ ওইরে। কোয়ৌ চুপ্পা অমা লেপ্লে তানবা চংপবু, অস্থকখক্তা মফারকপা, সুপীমক ওইরম্ব ভনগ্রবা লাৎনিন'। ( ঙা হৈদোকই। ) অতনবগী কাংবুনে, মাবু পোকপা পাস্থৌ অদুস্থ থবক শুবা অতনবা মচা য়োম্দুনা

চাঙ্গিবনি। মপা অদুনা পো'কপা মচানবু, মীথোয়-মীহেনবা হোনবরা, অদুমঙাইদনা মীনায়-কুপী অসিসু।

থোইবী—করি কনদোবা ইভো—? ঐবুদি ভাংগে চৈগে ননিংনি। লমদম ভাম্না নৈহোবা পলেম পঙ্হৌ অনীবু, পীবন পাবরবদি ভিল্লাং থয়োংনদুনা পায়মা বাবল ভৌবিনি। মচা ওইবীগী মমা'দা পলেম পঙ্হৌ চৈবদি, ইভাসু মচা অমগুম থনবিয়্, মুংঙাইগদ্রা থোয়নৌনা? ইয়ুম মোইরাং থাদোক্কনা, ইভাগী শাইগং শায়াদা ভাংলৈ হায়দুনা, অশাও মীচৈ অরাকতম্বু ভাইবং শেবাংনবরা, মালং থোঙ্গাওনবরা করিনো?

চংনিংথোম্বী—করি- ঐবু ভাইবং শেবাংনবরা, মালং থোঙ্গাওনবরা কাম্ব হায়জবা শারিয়ে শকথীবা। নঙনা মীনায়নি, ঐনা মপু ওইরম'ল্লেনে ইবেম্মা। ঐনা শিলম য়াথং পীগদোবা শিলম পাঙথোকদোবনা অদোমগী নয়ুম কেগে মোইরাংদা, মীনায়না "কেম্ব" কাবদো, কবো ইয়ুমদা ভম্বীরঙ্গ। কাউগনু থোইবী চায়বিগে, ঐনা মপুনে, নঙনা মীনায়নে।

থোইবী—মানি থোয়নৌ ইভা নিংথিবী, মভা ঐসু কাওজদে।

( কবো নিংথৌ চঙলকই। )

নিংথৌ—করি কমদোবা ইচাশা—? ( অনীমক্তা থুক্নমই )

কনানা এপু কনানা মনাই—কনাগী ময়াথং কনানা ঙাকদোবা? ইপাগী লাংলেন চংনিংথোম্বী, ইপাদা চীঙ্গোয় পাউ'মউ। ইচোম লাংলেন থোইবী ইপাদা চীঙ্গোয় পাউদমউ।

খোইবী—পস্থো অপোকপা, নমোংগী মীংবা পূম্ব থু'জরি, ইতাগী মাক্তা লৈরিবৈ নচাগী খোইনা ঋাংচদে।

নিংথৌ…ইমোম লাংলেন চংনিংখোম্বী, কম্ম কমদোব ইচ শ ?

চংনিংখোম্বী—( মপাগী মনাক্তা চঙহুনা ) য়োং খোইবী হায়বী মীনায় মুপী অসিনা অয়াক অথুম তম্লিব', অয়ৈ-মাইনি হায়বা কাউথ্রমাল্লে মোইরাং চম্ম লমকেৎপীসে।

নিংথৌ—করি চংনিংখোম্বী—মতা ইবেম্মা খোইবীবুরা, নঙনা হৌজিক হায়বদো ? নঙ খঙজ্রমাল্লে চংনিং—নঙগী নকাইদা লৈরিবী, হৌজিক নমাঙদা লেপ্লিবী, নতাশী'দা চন্দূনা ঠতা কোন্নোয় লাঙ্গোম্নবী ইমোম লাংলেন খোইবীসে অচম্বীনি খনগম্মু। চীংউ মাগী থুংশেন্না, খোয়ুম মাগী নোংদম্না, ইয়ুম কবো লমদমদা, শিংবুম খরা খাঙলবমি! নত্তাবু হুলান্না খলহৈদে অতোম্পনি মীংকদে।

চংনিংখোম্বী—ইপা ইবুঙো—করি ঋানো তাকপিরিবসিবো ? শেঙ্গা য়াথৈ তিংনা, কাওজা মমল পীদুনা লৈরিবা নত্রা নমোম ঐগীদমক্তা ? মীনাইগী খোদা পীজবনি, থোয়না অয়াক ভমজদে। শীংজা কারল লাংহনবা, লৌশীদা লেয়্রে তালহনবা মীনায়না তোগদোবা মথোদগী, খোইনা হেন্না ছীজদে। মোইরাং চম্মু শকথীবী. য়োং মীনায় মুপীসে।

নিংথৌ—এঃ—লৌশীদা লোং খোলহনবা. লোইবী চীংদা কাহুনা শীংজা কারল লাংহনবা—। ( ঙা হৈদোকপা উয়ে।)

ইয়া—করিনোসিদে, কদায়দগী লেয়্রেনো ?

চংনিংখোম্বী—অয়ুক য়েন্দা অহাংবদা চৎলুনা. লৌশি পান্তা চৎয়ে
ভানববু, অসুক্তমক কায়রই মীনায়ংসুপী অসিনা।

নিংথৌ—কয়ি চংনিং—ইমোম লাংলেন খোইবীবু, মীনায়গী থৌদা
পীহুনা, অয়া মৎেক নংহনবা—। হে—চংনিং—খোইবীবু
কনানা লৈবা মীনায়নি হায়বা?

চংনিংখোম্বী—পঙ্খোনা লৈবীবা নমোমগী মীনায়নি।

নিংথৌ—পঙ্খোনা লৈবীবা "নমোম গী মীনায়নি" হায়জবা
শারিয়ে, লমহেনবী য়েং শকথীবীসে! এমকী চিন্থক্তা
চিন্দা পাওদানা থুম্ববু—নিংবয়া হায় নং—। চখোকখ্রো
মকম অসিদগী, নশক অহু য়েংনিংদে।

চংনিংখোম্বী—ই···পা·· ইবু····।

নিংথৌ—তুমিন লৈয়্ ভানিংদে। (চংনিং খয়া চৎকে তৌই।)

খোইবী—কদায়, ইতা বৈদনেংমে (থামই।) পঙ্খো ইপা ইবুঙোমা
য়ারক চৈরাক ৎম্বরু, নমোম ওইবী এখোয়না অশাও
থরুম্ববয়া! ইপা ইবুঙোদা অমুক্তা—।
(চংনিংখোম্বী ইকায়হুনা লুকথৈ, খোইবীনা নিংথৌদা
হায়রকই।) পঙ্খো ইপা ইবুঙো, নমোম লাংলেন ইতাদা;
পঙ্খো য়ারক ৎম্বরু, পঙ্খো লিংজেল কনংন্দ্রা। নমোম
কয়ি তৌদেনা, ইভা ইবেম্মা মকাইদা থুয়া তুশিংনা লৈজেদো,
নমোম লাংলেন ই····তা····বু···।

নিংথৌ—বৈ—ইচানা—। ইপাগী ইবেম্মা চংনিংখোম্বী—।

চংনিংখোম্বী—(ইকায়না) পঙ্খো অপোকপা ভাকপিয়।

নিংথৌ—নতাসে—মপা ইতাও চৌথুরেম্বনা, য়ারক থোদ। ইন্দে হায়দুনা, ওকসল্ল, শিংসলু মরোংদা, ক-বা ইরানবায়দা থারকপবি। নত্তবা নয়ুম কংবাদা নবিং তম্বশুম, নতায়্রু ময়ুম মোইরাংদা মনিং মথং তম্না লৈরিবীনি। ইপানা কয়াবক ত্তাকথে, অতেম্পা মীচাপোক্লি মীকদে, ঐ-মক্ল। কত্তজবা নঙ্গা পোকমিন্নবীনি হায়না, কাওফদ্রব য়াকন্থু করি কাওরি ইচানা।

চংনিংথোম্বী—পম্বৌ থৌজাল ক জরে নমোমগী চিংনবা কোকচরে। লোইদাম অমুক কুইবসে, খওজরমদে নচানা! কন্নক-কঙ্গাও কোকচরে, য় থী ফিজং হাটদোকথে, মম্নম্বা নমোমগী থমেম্বদা পম্বৌ পাওরেনা "মর" ওই, ভাসে, পেংলে থমোয়দ, পুক্সি চুপ্পা কওজররোই।

নিংথৌ—(মোক্কনা) হো—অদুনিদনা ইচাশা। (থোইবীদা য়েংই)

থোইবী—খোয়নৌ ইত্তা চান্নবী।

চংনিংথোম্বী—(ইকায়না) ইতা টবেম্মা—। (অনৌমক নোকফেং ভোনৈ)।

নিংথৌ—অদুদি—ইবোম অনীনক—।

অনীবা—ত কপিয়ু অপোকপা।

নিংথৌ—তম্না শংলৌ চায়গা, কংথেল য়াইরী প বগ থক শাংবা য়াতাজক্করো, অবা পোপথেকচরুরো। ইপাস্থ—।

অনীবা—ইপা ইবুঙো—। (থুক্কাই, নিংথৌ চংখি).

চংনিংথোম্বী—ইতা—নহালমবৈ থংলমদে, নত্তা ঐবা ভাংখিবা

নংতোন্দা থৌদা পীখিবা, থোয়বা লিনবা থাকনে, নত ঐবু—।

থোইবী—ইভা—নতাগী লাইবক ফবনি, ইভানা পীবীবা থৌদাবু, থোইবী ঐনা ঙাকচবনা, মাগী লমন শিংজবনি; চীংউ মানা থংসন্থ, থোয়ুম মানা উপয় ।

চংনিংথোম্বী—অদুদি ইও—তাংলো অসি থেংথরে, শংলো মথেল চায়গ, থোয়েন মীকপ তায়ু্রবসি ।

(অনীমক চংখি, চংনিংথোম্বীদি হয়াওখি। মতম অসিদা অথাপ্পদগী বাশী অমা থোংলকই। মতম য়াচংবা মতুং)।

বাশী মরোল

পি থাদোই পি থাদোই — থংকেই থাদোই পি-থাদোই।
পি থাদোই পি থাদোই — লাঙোল চীংতুম কারুসে।
হয়ায়তুম চারুসে — লাঙোল চীংতুম কারুশে।
হয়ায়তুম চারুসে — থাদোই থাদোই পি-থাদোই।
নপামগী পাও তারো — পি-থাদোই পি-থাদোই।
পি থাদোই পি-থাদোই ॥

(থোইবী তপ্না তপ্না থোরকই, ইথক থক্না বাশী মথোল তায়। থম্বনি হায়না চিংনৈ, চংনিংথোম্বী থোরকদরনু কি)।

থোইবী—হৌজিক ঐনা তাখিবত্রবু তৌজ্রি মথোল নক্রা! তুমু মায় থুঙং মাপনসিদা, তৌজ্রি থোংতন্বা লৈরিব্রা! অনা লৈপাক অসিদা, করাম্বদনী মথেল্লো! পামু মাবু নত্তনা, মুংশি মাবু নত্তনা নিংদবনা, থোইবী ঐগী নাকোংদা, পামু তৌজ্রি মথোল তাবরা। চীংউ লাইয়ো শরাংলাই, মুংশি

নাক্তা য়োংদোবা কৈরবদি, নশু লাইবক চাওবীদা অমুক্তগা,
চৌংউ লোংদম ওন্বীয়ু।

( ইশৈ অমস্তু তারে, খম্বনি হায়বা হশেংনা খংলে )।

## খম্বগী ঈশৈ

খখোং পান্তা লৈরাং "থরো" লৈয়াম শাংলম্বু,
লাইজা ঈশিং পুম্নে হায়দুনা, কবো থম্নাং লৌশীপাম্বা,
চাইজা ঈশিং ফৈ হায়না, লৈরাং শাংকম হোংখিবী।
চিংতাও খোইমু কৈশক থঙজবমা, চৌংলোম মাপম লাম্না,
লৈরাংগী খেঙ্গুল চৈজরকপবু, চন্বী চাম্নাং কাংবনা,
খোইমু কাঙাওংরেদো, কাজিনবীবা তাংচৌ য়োরমামে

লৈস্নুংশি ॥

খোইবী— ওরিবা হংবা, সে য়ত্রে। থৈনা করম হায়রগা পামু
মানা খঙবা! অহক ওকোং হাংচদো, মীগী সেগা তাং-
ফিদো। ইবুধৌ নবাং চাইনিংথৌ, পাংমা লৌশিং হন্নীয়ু,
নশু লাইবক চাওবীদা—। এঃ—লৈরেংনা—, হা থা থা-
নিংথৌ, বংনা মাসেম ওাংলগচি, হাপ্তজবা অহিংগী অমম্বু
নঙগী মঙাল তাহনবীয়ু, মমজানবা থৈগী থমোংদা তাহনবীয়ু
নঙগী নঙাল।

## খোইবীগী ঈশৈ

থা থা থাবুংতোল, থাজা থানিংথৌ।
লৌশীদা খম্বাল শাংহৌরে—খম্বালদা খোইমু ইন্দরে।
থাজা থানিংথৌ ॥

কবোদা থোকপস্ত নহাক্লি—মোইরাংদা থোকপস্ত নহাক্লি।
থোইবুনা ইনগে ইনঙমদে—থাজা থাবুংতোল॥
লাপক্লবদা থরায় কৈহৌবা—অচিংগী তন্দন ওইদুনা,
মুংথিলগী চেক্লা ওইদুন'—ঙম্বাললা লৈবা মায়কৈদা,
আ:—পাইবীয়ক্লো—য়া—।

( কৈয়োইজাম্বা চালকই, থোইবীস্ত মী অমা লাকই হায়বা উই। মীশক শেংনা উমদে. থোইবী উবদা কৈয়োইজাম্বা হনগে তোই )।

থোইবী— কনানো ! এঃ—ক—না—। ( কৈয়োইজাম্বা লেপই )।
লেপ্লীবা নঙবু কনানো? শেম্বী কবো মচানা, দুপী পলনি থংদবা, চৈরাক কংনি কাওবরা, ইভা ইবেম্মা তারগা পক্লৌ ইপা খঙলগা, রাথোক চাওবগী মথক্তা, থোইনা চাওহনগে থৌরাংবরা। চোংউ শরাং লাইনিংথোনা, মুজা ইতৌ য়েংগে লাকপরা, নমু তাইবং মীওইবরা; করি মার ওঙাং মচানো?
কৈয়োইজাম্ব'—দুপী থোক্লেকপুম ভাজৈদা, ঙশেংবদি খঙজদে, হংলিবী নঙবু কনানো? লমদম তান্না লাকচবনি, থম্বাল থোঙুল লৌজরকপনি, কবো মায় ওঙাংমচা নংচদে; মবুথৌ শরাংনা, মুজা নতৌ য়েংগে লাকপস্ত ওইরম্লোই।
থোইবী—( হক্লা ) কবো মায় ওঙাং মচা নঙব'—ঙচুদি—
( থোইবী থরা চংশিল্লকই )। হাইমা—তাদা শেলুংবা মক্লবে?
কৈয়োইজাম্বা—মামিনে ম্নাহল—তাদনে।
থোইবী—নশেল অঙাংবু য়াওরকপরা?

কৈরোইজাম্বা—ইশেল অঙাং য়াওরকই, ইবেম্মখোয়গী তোজংদা মবাইগী পাও ঙাইহৌরি।

খোইবী—অদুদি—মবাই ইবুঙো নখেন্নবু—হুক সিদা—নচলমু ভাদা-খোয়গী—। (খোইবা ইমুং চংখি, কৈরোইজাম্বা মপান্দগী খম্বগা চংমিন্নরকই)।

খম্বা—অসিদনি হায়না ভাক'পদা,ই ইবাইনা?

কৈরোইজাম্বা—মানি শেলোংরেন।

খম্বা—অদুবু—। (খোইবা ফিরা পুখোকলকই)।

খোইবী—সোমদা খুদা লৈরে। (ফিদা থাই অনীমক কময়ই)।

কৈরোইজাম্বা—ইহে—! ইবায়দি য়াঙ্গোর্ক পুনশিন্নবদ্রেনা নোংয়াই। ইবায় অদুক—। (কৈরোইজাম্বা চংখি)।

খম্বা—ইবায় ইবুঙো!

খোইবী—(নোকপেং তৌবা) ময়দা কৈবা লেংউবনো, নচল খোঙ্গুল জীবিরকপরা? লোইনাম অমা, অনি শুরকাও, নোংমচম্ব চেংলো উৎপিদে। অসি কোরৌ হুমিৎসিদি পাম্বগী থমোয় লকা-হুংদা, কয়ম চৗউবা চংলকপা ভাংলো ওইদনা য়ৌ-বিরকপা!

খম্বা—হাইল—লাকে লাকে খোয়াংবা, চৗংউ নোংদম্বীদবনা পাঙ্গং পাঙ্গল লৈখিদরে।

খোইবী—হোয়দা অদুবুদি—শকথীবা এগী খোঙ্গুলবু জীবিনিংবা হৌনবরা, মোইরাং চম্ব চেংলো হেলবা। ওইয়ম্নবদি—
ঙবরয়োইদরদো!

থম্ব — করি থ'নো স্ন'হল — পাটমা থু'দ থ'খল লমক্লাংনদে, নপাবুং য়াকা য়ে'দবা য়াদে, নপম ইবুঙো পুক্নিং থওদবা য়াবয়া। পাখং ওকপাও খেক্রুববদি, শানৌগী অয়া মৈচাক থোইনা কেনগৎলকদরা থৌমদো পাখংবা।

থোইবী — থওক্নরে পা'মুবা ! নমা ওমা সুপীচ' য়াখল থেনবী ওইবনা, য়াখল লম্ফাংনক্নরে। ( কৈরোইজাম্বা চংলকই )। মবায় ইবুঙো — নচপনা থুনেং লেবা তৌজংগ, তাইবাক পুম্নোয় অমা পোকথোকপীয়ু। ( খোংবী তন্নু চংথি, কৈরোইজাম্বা ফমই )।

থম্বা — ইবায় ইবুঙো — লমদম তম্মা লকপা, তয়া শ লৌদি কমদোবা ?

কৈরোইজাম্বা — ইপেলবু তরা চকথ হায়রবয়া ? ও'স ইপেল ইবায়গী থোঙচৎসে ইমুং তৈবা য়াবস্থ নত্তেদো।
( খোইবী হিদাক পুথারক্নুনা কৈরোইজাম্বদা হায়া, থম্বদা কোয় পীরে।

থোইবী — ত্তা শেলুংবা থুদোং কানবীয়, মপেল ইবুঙো'গীম্ব সেমবা লৈরে। ( অনিমক হিদাক লৌরগা থকই )।

কৈরোইজাম্বা — স্নাগল — নপা ইবুঙো তুমুরাকপা মথোমলোয় সম্নয়িক চংনিংথোম্বী হায়বীদো ইচলপা লৈমিয়দয়া, চেংলৌ শকথংননিংইদা ?

( মুতম অসিদা চংনিংথোম্বী, খোংবা পায়রুবা লোয়প য়েংই।)

মমুম কবো কৈপাক্তা ভোমখিন শাংপী, শীতেল থম্বালনি হায়নৈদো।

থোইবী—খোইনৌ ইতা শবদেকবীদে, নচলগা কৈমিচৈঙ্গ অঙম্বা। মমুম কবোসিদা চাইনা হুম্না কৈজরিবী ইতানি, নচল অদুম্বা কৌথোকচরুগে।

(থোইবী ইমুং চংখি, চংনিংখোম্বী থোইবীনা মমায় ওমশিল্লকপগা থোং ভাশিনখি)।

থম্বা—ইবায় ইবুংঙো—নশেচদি ইকায়খৈজবা, নিংথৌ মচানুপী অদুগী মমাংদা—।

কৈরোইজাম্বা—পাংদেদা শেলোয়েম' নিংথিনা শকথং মায়থং-মরগা, স্নাগী থৃয়া তুশিংনজনবা পাওমেন পুকম্মেয়রমগদোবনি।

থম্বা—নশেকনা রাখল থেৎরুয়ে, ইবাই ইদুছোনা অদুম্মক—।

(থোইবী, চংনিংখোম্বী পাত্র অমমমদা পানা অমদি নিংথিবা কৈ-ম্না হান্নগা, চংনিংখোম্বীনা কৈরোইজাম্বদা, থোইবীনা থম্বদা পীরৈ)।

চংনিংখোম্বী—মপু মনাই অহেম্ব—ইয়ুম লংদম পাবিয়বপদি, নচগী কৈজদা থরা অসিনা—।

কৈরোইজাম্বা—মজা ইবেমা—ইবুংগী ইরাইবক্তুম ঝবনি। চেংলৌ হেলবগী মতিক থোইনা চানবী কৈবীনি। মমম খুদিংদা নিংবা কায়রবা মবুংশিংগীদমক্তদি—।

চংনিংখোম্বী—থংভয়ে অহেম্ব। এনা হৈমবা মরুক্তদি, ইবুং

অনৌগী দমক্তা নচলন! মায়রোং য়াজনি, ইবুধৌ শরাংলাইনা খঙবিসনু।

থোইবী—তা-লেপ্পুংবা তন্না শংলোবু—?

খৈরোইজাম্বা—চারক্তি স্নাহল।

থোইবী—অদুদি—।

খৈরোইজাম্বা—তাঞ্জা অসিনা—ইচুং·তৈবা য়াদবনিনে স্নাহল।

থোইবী—গুসিগী তাংলৌ অসিবু করম্বা লোইদামদা অমুক্তং কংজরবদি খঙ্গদ্রি! তন্না শংলো হাখিদনা লেংবিখিবদি কৈদগী—।

খৈরোইজাম্বা—মতম্মিনে স্নাহল।

চংনিংথোম্বী—হাওবা হাওওবা, নচলনা পাংনবা লাংজগে, তন্না শংলো হাখিদনা লেংবিখিবা য়'রোই অঙবা।

থোইবী—(খম্বদা) নত্তে—তন্না-শংলৌ হারোই হাররিব্রিবসিবু—? করো মৌচাক চাখ্রে, লেম্বী মীয়ু থকখ্রে, হঙ্গোইবিবনয়া নমাওবু ?

খম্ব:—য়ারো চাংগৎনবী মপোক্কি, পাখংদগী হেক্তা মউংলবরা ? করো মৌচাক চাখ্রবী. লেম্বী মীয়ু থকখ্রবিনি কনানা হায়-খ্রবগে হৌজিক্তা ? খাম্বী মৈশা মথক্তা "মৈরানবীনা" চোংশিংখিবগুম, মপা ইবুংঙো অশাও খাম্বী মৈরক্তা চোংশিন্দুনা, গুসি স্নাগী নকায় য়ৌরক্লিবসিবু কনা মগুং লাংগীনো ? মতম্মনি চায়রগ—। (লোয়প তৌনা)

থোইবী—অহৃদি কোরমোন ওই করি ওই পাং-পানবা অদুক—
(কৈরোইজাম্বদা) করি হায়্রিবনো তা শেলুংবা—?
কৈরোইজাম্বা—স্নাহন—ইচলগী ননিং থুংহন্দবা য়াদবরদো—।
থোইবী—(চংনিখোম্বীরোমদা) অদুদি হৌতা ইবেম্মা—।
(থোইবী চংনিংখোম্বী ইমুং চংখি)।
কৈরোইজাম্বা—কোরমোয়দি ইশেলগী ভরা চকম কাবা য়ারগদ্রা ?
খম্বা—পুকপু থল্লবদি কোরমেন হায়বা লৈতে ইবায় ইবুঙো।
(থোইবী, চংনিংখোম্বীনা ফোলারগী মপোৎ হাপ্তুনা মতিক চানা পুখোকরকনা থৈরে)।
থোইবী—মবায় ইবুঙোনা হোৎনবিগদরা, মশেল ইবুঙোনা তোংপিগদ্রা, চাওবা হাওতবা লৈজবা থরদ লাংজরে।
কৈরোইজাম্বা—শেলোইরেম্মা অদুক হোৎনরোদনা ?
(লংনবা য়াঙংদা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই)।
খম্বা—পিজগে হায়রবদি থোয়াং পুম্নমক লোইখোক্লকপদি য়াদগুম।
(লোল্লপ তৌনা হায়রকই)।
থোইবী—অদুদি তা শেলুংবা নচলনা থোয়াং পুম্নমক লোইখোকচরক্লগদো ?
কৈরোইজাম্বা—পুম্নমক লোইথোক্লগদোবনিবে স্নাহল, অদুগুম্বা থোবোং থোরম পুম্নমক্তো তাঞ্জা য়েংজনিংবদগী, লাকচাববনিনে ইশেন ইবায়। (থোইবী মখুৎ হামদোক্লে. ফোলার তোৎলগা পাত্র অমমমদা চাপ্লে, কৈরোইজাম্বদা হায়া খম্বদা কোয়া লানশিল্লে)।

চংনিংখোম্বী—মোইরাংগী অশুবা অমীমক, হাওবা হাওতবা ইতানা
লাংজবা খরদুনা লেনবিয়ুকো।

কৈরোইজাম্ব—ইরায়বক্তুম কবনি মজা ইবেম্মা, হাওবু হাওবন-
থবনি। (খম্বদা) কাংলসিদনা লেলোয়েন?

খম্বা—কপনি ইবায় ইবুঙো। (অনিমক কোনর চারে)।
(থোইবী অমদি চংনিংখোম্বীনা অরাংং-অপা য়েংই)।
(কেংলায় চাবা লোইরে মখুৎ হায়ে, থোইবীনা পানা
লোথোক্লুদনা অনিমক্কা পীরে। লেরে, চারে)।

থোইবী—তা লেলুংবা—ইমুং তৈরগ লেংলেবনা?

কৈরোইজাম্বা—ইমুং তৈবা য়াবা থোঙকম নত্রে স্নাহল।

থোইবী—অমুক কুইরবগী মতুংদা ভগিনং উবা ক মবনা—হেংয়
—খাংজরে; ইমুং তৈত্রিতৈজদবু থুংবিরুদরা?

কৈরোইজাম্বা—অদু ইবুঙি য়াংকই তোংলকপীদা স্নাহল তৈনিং-
বগী হায়জরবদি, স্নাগা লোয়নবা ইয়ুং মোইরাং য়েনিং-
লবনি অদুবু—।

থোইবী—অদুবু হায়বদি করি ওইরবনো?

কৈরোইজাম্ব—লেলোয়েন্ন মথান ইবুঙোদ কম্লগা লাওবগা তো-
জকবদগী য়োরকলবনি। ইমুং তৈরকপা য়াদ, মোইরাং
রাথোক চাওবনি তাকপীরকইনে স্নাহল।

থোইবী—কেগে রাথাক চাওগগোবা লৈরবনি অদু মতায়রেদনা
কমদোনি! তাদা—।

কৈরোইজাবা—অদুগ হায়রদি

খোইবী—পাবুংগী স্না পুক্লিংবু কমদৌরিবগে, মচলবু কবোদা লোইদাম কয়ামুক্তা—?

কৈরোইজাম্বা—কুইরয়োই স্নাহল—নবুথৌ থাংজিংনা কুবিরক্লনি, কবোগী চৌংউ শরাংলাইনু কাওগনু। অচুদি তাংলৌ অসি থেঙ্ডিক্লে, ইবুংখোয় ইয়ুম মোইরাং লমদম পাংগ্রগেনে স্নাহল ইবুংখোয় —।

খোইবী—কমদৌগেদো লেংখিবা তারেদনা।

কৈরোইজাম্বা—( চাংনিংখোম্বীদা ) নংগা ইবেম্মা ; ইবুংখোয়দি চং-চরগেনে, তাংলৌ অমদা ইচলগী লমন শীংজগেকো।

চাংনিংখোম্বী—নচৎগী দমক নক্লিগী—লেংবিরোদনা অঙম্বা।

কৈরোইজাম্বা—( খঙদা ) শেন্দৌরেন— ইবায়দি য়াম্লোইশিংবু অহুক— ।

হম্বা—য়েংবিরম্লো ইবায় ইদুগো, নশেংলনু—।

( কৈরোইজাম্বা থোকখি )।

খোইবী—( চাংনিংখোম্বীদা ) ইভা ইবেম্মা—হসাদুগী চু অমুক্তা—।

( চংনিংখোম্বী ইমুং চংখি )।

হন্দক মনাহৎনা শেম্বী লোই কারবগদদি, অরাম এম্পাক-য়ুমদনু চংজরবোই। ইঙল তিংথৌ স্নাংকোনুং মরাল-য়ায়দনু থুংজরবোই লায়রা নকাইদা য়াইথুংকাদদি শংহনবিরমউ।

হম্বা—ইরাংবক কংনি স্নাহল।

খোইবী—ইয়ুম মোইরাং য়ৌবিবা তারেকো।

( হুবাক্তা খদাং লৌহুনা চং-রাখল থোই )।

খম্বা—পোম্বীশুম চৌংগ্ন কুন্দাই, চেক্লাশুম চাক্তাফিগনিংবনি, মাদবা মতাংবনি, ময়োমগেনে মাহল।

(থোইবী মমিজ্ঞা ঈরা চেন্নে, খম্বনা থোইবীগী খদাং খোংগৎলি)।

চীজুম লাইজা ঈকুৎথোক, থীৎলা লাইজা ঈনেম-খাম্নু খুদাং পিকম তৈতুনা খাইনা মৈচাক উৎলবদি, মতৌ করম চৎখোগে? তবা ময়ুমতুন-চাক চাফিগনি, কোরৌ শীংবুম য়াম্রোই মামগমনে নৈদোগে?

থোইবী—মায়ে—টেউ মগী খুত্তম্নি, কেপ্তে চনা কমদৌনি।

(থোইবী খম্বগী মখোঙ্ড পায়দুনা থুরমই। চনিংখোম্বী ময়োম মচা অমা পায়দুনা থোরকই, থোইবী হোগৎলি)।

চংনিংখোম্বী—ইত হৈবেমা নৈরেসে—

(থোইবীদা পীরে)

থোইবী—(খম্বদা) অমিমতা পয়রিখো।

খম্বা—করিনো অদুদে?

থোইবী—কবোগী মুখিরং মুগারং হায়বনি।

খম্বা—কৈদোনবা?

থোইবী—পলেম খেনবী ইনম্মবু চরৈ অমতং শাহনবিউ।

(খম্বনা ময়োম লোরে)

খম্বা—(চংনিংখোম্বীদা) মজা ইবেম্মা—ইবুংদি ইযুম মোইরাং য়োঁজরগেকো। ইকোগী মমংদু করম্বা লেদোম থাজদা—।

চংনিংখোম্বী—নচপনব্রুম পাখংগী লমন তোল্লবনি, লেংখিরোদনা অণ্ডবা— ।

কৈরোইজাম্বা—( মপান্দগী ) শেলোরেন—তাংলো অসিবু— !

খম্বা—লাকচরে ইবায় ইবুঙে' ।

( খম্বা থাইনা মৈচাক্কা হম্না হম্না য়েংদুনা থোকখি । থোইবী মমিত্তা ঈরা চেন্দুনা চ'নিংখোম্বীগ খম্বনী মতুং ইন্দুনা য়েংহোই ) ।

লাইট ওফ—ড্রোপ

# ২-১

( তাংখলদা নিংথৌ কমই, দরবারনি । মতম মুনিং য়ুংলমদাই কৈরোইজাম্বনচিংবা খম্বা মি'থোগী থোগল তোই । থো'লেন থাং পায়দুনা নোংথোলনা খা'ম্না খাম্না চণ্ডলকই ) ।

নোংথোল—ভাইখোনে পাখো অচুম অরান য়েংখিসি করিনো ইতা তান্দ্রদুনা, রায়েলশঙদ ইনিংথৌ লেংশিল্লম্বসি উত্রবরা ?

থোংলেন—করিগী খে'ঙুল তাদনি পুক'বা । ঙসায় য়ৈখিবা পুণ্ডখোল অচুবু, চয়েল লালপাও নত্তবরা ? হয়কপ চৌংশাং কদোমদগীনো', খেস্তেক চাইরেন কদায়দগীনো ? পাখো পুরেনবনা অমল থরৈ কুম্লদাই, রাশক রায়েপ্পখিবহু

কাউরবরা নিংশিংউ। ইনিংথৌগীদমক্তদি য়াইবী মাঙশি লেপ্ন-থিবা মঙ—ঐ নত্তবরা ?

নোংথোল—মত্রুস্থ নীংশিংলি, পুন্নমক্তো কাউদেনে প থৌ, তাংলৌ চাত্রি হায়বনি।

নিংথৌ—হুয়েল লালংহৌবগুম করিনো ইপু অনীমক, চঙবিরকউ নকল্লাংদা কম্বিরথো অচবা। হুয়কপ চীংশাং, খেস্তেক চাইরেন কনাগী হুয়েদ লালহৌরক্তেনে কন্নাইবা।

অনীমক—ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ, লাল্লবা কাদা তাকপিয়ু, য়োল্লবা কাদা কনবিয়ু ননাই ইপুথোয় পুনেমজরি।

( থুরুম্নগা মাগী মাগী তাংবন্দ' ফয়ৈ )।

থোংলেল—ইনিংথৌবু—ঙসি কংলা উত্রা শংলাংমৈগী তানয়ৈ পুঙথোল অসিবু— ?

নিংথৌ—অথোব নশস্থ হৌজিক ফাওবা চনিং থোয়দাত্রি !

নোংথোল—কনা কনা লৈ শঙাইদ্— ?

শঙাইদ্—অঙম্বণী নয়াথং চরৈ কিগাও য়াজরি।

নোংথোল—তনয়ৈ মচা কৌরুচো।

( শঙাইদ্ থোকখি। যুবরাজ চঙলকই, নিংথৌ থুরুমই।

যুবরাজ—এবু লোইবা লৈমাবা, ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ মপু স্না থুরাদা—।

নিংথৌ—শানৌতোন—। ( যুবরাজ মক্ষমদা কমথি। তানয়ৈ হপ্পবা চঙলকই )।

খোকপনি—তাকপিনিদো ননাই ইপু হন্নবনু। (লুকথৈ)।

নিংথৌ—করিনো শানৌ করিনে'। ইপুদা অদুম—।

নোংখোল—এঃ—ননাই ইপু খোইনা—।

নিংথৌ—শানৌথোন—করি মরমগী কোংয়ান্নদা থোদা পীদুনা ওসি য়াইবুং য়ৈহনবনো অদুক হায়য়ু ইয়ান্নদা?

যুবরাজ—ননাই ইচাগী লোই ওকপা ননাই শেলুংবা থাজরুই, অদুদা পেরুরা চগুম্বা হন্নবনা, লমখাংদগী ইচা কাবিগ্রে হায়না অদুক য়াকহৎকি য়ৈহনবনি।

খোংজেন—করিনো মনাও ইবুঙো। কেগে মোইরাং নৈপাকী নয়ান্নুং ইবুঙো লাইজিংথু থেলহৈবগী কংলা উত্রা য়ায়েল-শগী পুংজাওবু, নচা ইবেম্মা য়াথোক্কা য়ৈবদি চুম্মোইদৌ-মাগে য়াঙ্গোল নিংথৌ; ইমুং মপুং মুপী অঙাং খেম্না-পুং নত্তেনা অসিদি!

যুবরাজ—করি ইপু! মুপী অঙাং হায়বদে! চীংখুবা ঐনা পোক-পনি কাওবরা? য়ান্নুংনা নিংথৌনি, ঐনা মনাওনি, ঐনা পোকপা ইচাদি য়ান্নুংনা পোক্কুম্বনি। মাগী য়াথোক্কা য়ৈদনা, মোইরাং কনাগী য়াথোক্কা য়ৈরুনি!

খোংজেম—নমোম ইবেম্মগী য়াথোক কংলা য়াইবুং য়ৈবদি, কৈদগী য়াগদগে মনাও ইবুঙো। অঙাং নরা ওইদুনা তৌবরা, ননিং তম্ফরোইনা।

যুবরাজ—করি ইপু অঙাং হায়বদি, ঐনা য়ৈহনবনি তয়ুম্মু। করি নশিল নৈদুনা খৌ-জৈতনা খৌ-থিবা।

নিংথৌ—করিনো শানৌ ইপুদা— নশু মপু অতুম্না বাহৈ কায়দা চৎবা হৌরদে. শানৌ মংবা অচাংবি ইপুগা— !

( অনীমক হকায়না কমথনখি )

ইপু চাওবা নোংথোলবা রাখেল লংজিন পুথোকপিরো, করি তৌরবগে লৌশিংবা ?

নোংথোল—ননাই ইপুবু ইনিংথৌ—লৈমকোল রাথোক ওইবনা, মচা ইবেম্মা কা থোকখিবনা, ননাই ইজিক ওইরোইদৌ-রাম্রে পুরিং-লাই !

নিংথৌ—কমদোবা ইপু—লৈমকোল রাথোক হায়রবদি, ইচাগী কাদি থম্ থমথো। নিংথৌ ঐখক ওইদুনমু রায়েল কংলা য়োরবদি, চৎনবী ভুংইনকদে, লোয়নগী থোংচৎ থুগায়কদে। মমাংলৈদা হায়খিবা শাবুং লানবু, ওইরবা ইপু লাম্দা থোকনা—; লৈরক রাথোক রায়োই পুত, অথুম নাইকা কানা পুং, মুপী অতাং তাইনা পুত ইপু লায়োম কম্লাইবনা, রায়েল থোদা পীগনি হায়রখিবা করি কাওবগে অওম্বা ! হন্দকী অসিদি ইপুগী হক থোকইরা করিনো !

থোংলেন—( লোক্তুনা চুবই—মপু ইবুঙো ম্ব রাখং তাকপিখিবা । হৌগৎলু পাথৌ হৌগৎলু, মপু থৌগল তৌরোলাও । আঃ—ঐগী হক অতুক থোক্লেদা !

নোংথোল—এনা থৌগল কংবা তারিবরা পাথৌ ।

( হৌগৎলকই । নোংবাল চংলক্তুনা থুরুমই ) ।

নোংবাল—এবু লোইবা লৈমাবা, ননাহবু লোইবা ইনিংথৌ,

য়োম্বা কাদা ওাকপিয়ু, লাম্বা কাদা কনবিয়ু; মপু মা য়াথং—ননাই নোংবাল লাকচরে।

নোংখোল—কোংয়াম্বা নকম্লাংদা চংলকউ লাও। মংনা ওসি কংলা য়াইবুং মৈদুনা, মপু মা খুয়াদা থাকংপসি, মংনা মচা ইবেম্মা লোইঁ ওকপদগী, খবনা মুনখিবনি, অসি নত্রা ?

নোংবাল—মাগি—ননাই ইতাওনা মুনখিবা অচুম্বনি।

নোংখোল—করি লমদগী, মখোয় কনা কনা লাক্লুবা মুনখিবনো ?

নোংবাল—হাওগ্রম খোংদগী মুনখিবনি, মখোয় ভরেং নিপাল শুরকই।

নোংখোল—মখোয় ভরেং নিপাল, মখোয়গী অহূন্ট মঙুংদা মশক খংবা কনা কনা য়াওই? করি কি শেৎ-চায়?

নোংবাল—মখোয় পুম্বা কিমু ভাক্তা শেংলি, কিমু খদাংচেৎ লাকই। মখুৎ মখুত্তা চৈ পায়, অমদি ইতাও থবনি, অমনা য়াম্বা শেলুংহন কৈরোইজাম্বা মাল্লি।

নোংখোল—অমনা থবা, অমনা কৈরোইজাম্বা মাল্লি নত্রা!

নোংবাল—মানি—হোয়।

নোংখোল—কোংয়াম্বা রায়েল থৌদা লাক্লবনিনা, অমঘদা মপা লাক্লুনা থুংই থুংদে থংগমদে, মাল্লি হায়বা য়ারোই। ময়ার লেপ্পা রাঙাংদি; রায়েল থৌদা থংগমদে, ভপেংবা মানি নত্তে হায়গদৌবা হেক্তা।

নোংবাল—মানবু মাল্লি থুমজবনি হৈপল ইবুঙো।

নোংখোল—মাল্লি হায়বা য়াদেনে অশেং অশেংবা—।

নোংবাল—ননাইগী দি মাঙ্গি হায়ত্তরিবসিনি, অঙোয়বা ওইহনবিগে
ওইহনবীরোইগীদি রায়েঙ্গিবনা—!

নোংথোল—(শাওনা) করম্না মুংথি মচা ইবেম্বু?

নোংবাল—মথোয় ওরেৎ নিপাল ওতুনা ফুহনে টৈবদে তৌরগা,
মমোম লাংলেন ইবেম্বু মুনথিবনি।

নোংথোল—চথোয়দি কনা কনানো, শম্বু মীকোক কয়া পুবা?

নোংবাল—ননাই এথোয় ওন্না মন্নী-মচা শুই।

নোংথোল—নথোয় ওন্না মন্নী-মচাবু, মথোয় ওরেৎ-নিপালনা ফুরমই
হায়বা অসিবু তাহদা—!

নোংবাল—ননাই এথোয়না চুম্ব' লাকচবনি, ননাইশিংনা খুৎলিং-
চুনা নৈরম্বনিনা যুগে যৈগে নিংবা মিপানা, য়েবা হৌনশানি।

নোংথোল—অদুদগী—?

নোংবাল—অদুদগী মুন্দুগা পুথি খুমজরিবা অসিনি।

নোংথোল—মচা চৎমিন্নবদি কনা কনানো, মমিং কন্নি কন্নি
কৌই, কন্নি লম মচানো?

নোংবাল—তাত্তে'ম্না তম্নাবা কনা-থোইদো'কপা য়াওদে, ননাই
ইমুং-মমুং ঙাক্কি, ননাই শোয়ানচিংবনি।

নোংথোল—অকা মচা কনা নৈ? অচোম মমুমদগী শোয়া
কৌরুচো, মপু য়াওংনি হায়য়। (অকামচা থোকখি)।
খন্না মচা ইবেম্মা চিংবা অদুদা, মচা ইবেম্মদি কন্নি হায়,
তুমিন লেক্তা অহুম চৎখিবরা?

নে'ংবাল—মচ' ইবেম্মনা য়াংম্না লাওজরমই, মন্না কিবূল মমচুনা অচুম চিংদুনা পুথরে। মচা ইবেম্মা য়াম্না বানা লেংখি।

( শোরা শঙাইদু চংলকই )।

নোংথোল— নঙ লাক্লেদন —চঙলকউ লাউ শোরা। (শোর থুরুমই)।

শোরা—মপু য়াথং করম্ব,—হঙোবু?

নোংথোল—.শোরা নঙা কোংবাম্বগা লোয়ননা .লাই ওকপা চংলি চুম্বরা ?

শোর'—অচুম্বনি ইঙোবু।

নোংথোল— মচা ইবেম্মবু থম্বন, মুন্দুনা পুখি চুম্বরা?

শোর'—কৈদৌউঙ ওইরবনো নঙ ই লোবা হমজদ্রে।

নোংথোল—লোই 'ওকপ চংপদগী।

( নোংবালনা ইঙ্গং .ভোক, থোংলেম্না মুম্ন য়েংই, নোংবাল ইঙ্গং ভোবা ভোকখি )।

শোরা—হিঃ কদায়দগী থম্বা লাক্তগে। ঐথোয় শেলু'বন' য়াঙ্গোই কান্না পীদুনা লেম্ন'রবনি হায়না চংপদা, মচা ইবেম্মনা শিংদুনা য়াঙ্গোই থুরুপ থাখিবদগী, লায়রবং য়োখিবনি। নমাই ঐথোয়স্ত কন্না তাৌম্ন, য়াংনা থোদ্রে, তামব'-কা কংপোৎ নত্তে!

নোংথোল—কৈরোইতাম্বা অমদি থম্বগী মীনা, নথোম্নবু ফুরমই চুম্বরা?

শোরা—কদায়দগী ইঙোবু—থম্বদি ম্নক্লাকম্ন লাক্তনা—, কনাম্বা য়ৈ-চৈবনো থোইনা থাজদরে। (নোংবাল লুকৈ)।

থোংলেন—কোংয়াম্বা নংদু পোকপ' খ'ত্রাকপনা, অঙোম নয়ান-
য়ায় খ'বদা লৈকুন্তা য়ুম্বীয়েন হূ'বোইদে। লৈকুম্বা য়ুমথাবা
ঈশিং থুমহুনা য়ুমহোং শোয়বা হৌনখানি। লৈঙোয়না
পমখিংবা অকনবা ঈচাও লাক্লগা হেক হেক নিংখায়বা
হৌমৈদো। (নোকই)। করি হায়বগে পাথৌ, হৌজিক্তা
বায়েল মরিক চুম্রক্লি। (নোংবাল মরূ লুকথৈ)।

নোংথোল—শোয়রানা হায়'রিবা অসিনদি, কোংয়াম্বা ম'না বাকৎ-
লিবা অসি লাপ্লেপনা, করি হায়নিংবা লৈরি? অদুক
চুঙ্গংলু মপু থূরা থাদা তাসিদনা।

নোংবাল—মনাই শোয়রাগী পাওখুম পুম্নক অরানবা তাক্লনি।

নোংথোল—করম্বা —?

নোংবাল—মনাই অসিদি মীনায়নিদনা, ক'রগুম্বা তা'লোদা মনাই
এরৈনা চৈ থা'লৈ, অদুদম্ভ নত্তনা খু'চৎনু ময়াওই। মতুংদা
মলোম্না মনাইবু তু'তাইতত্তনা চুঙ্গং'লবনি, মনাইনগ' থরা
মরাই চায়রকপা অসিদা।

যুবরাজ—ইনিংবো মনাই—মপু থূয়'-থাদা—।

নোংথোল—চুঙ্গংলু মমাও ইবুঙে।

যুবরাজ—ঙসি কোংয়াম্বনা য়াইবুং বৈত্তুনা বাক'লে থম্বগী মথক্তা।
থম্বতুদি কারক্তি, মসিদা ইপূ চাওবমা করম বাতুপ ম'রেপ-
কদো'রিবনো, নাকপাক অমত্তগী বা তারগা। মনাই এরৈদি
হৌজিক কাওবা পুঙথোল তারগা কারক্তবা অসিমক্লা, মখানা

হুরানে য়াজরবনি নিংঙৈ! থোদোক অসিদগীদু, হুরানবা মশক থংবদি ইরায় লায়পোৎনি।

নিংথৌ—নোংথোল—শানৌ— থম্ব মশেল মবায়দি অহৈজ লাঙ্গ ইথোং রাখোক্লগী, নিংথৌগী অথঙবা মথক নাইবা মী অমা লাক্লিক্লাও, পুংথোল তারবদগ্র কায়কনু হায়না ইয়াম্বনা হায়খিবা নৈ, অতুমনি করাক্লিবা। অতুমকপু টপু—মশেল মবায়বু তুক—।

নোংথোল—ইনিংথৌ—অকাম্চা অমা চংলু। থম্বা মশেল মবায়দো পুঙথোল তাত্রা, মপু য়াথংনি থুন লাও কৌরুচো। অহৃগা মূবা নংমু নয়াম্বগা লোয়ননা চৎলু, এনা লাও হায়রকই হায়য়ু।

মূবা—কনি অস্রপ্পা। (মূবা অকাম্চা চৎখিরখি)।

থোংলেন—করিনো মনাও ইবুঙো তাগে হায়না তাজববু থাংবা ওম্লক্লে, হুরানবা মশক থায়বা লায়খ্রে তাকপিববু! ইচা মেনৈ লাংবদি মোইরাং কনাগী লেংৎ হুম হায়বদি তাদ্রিনা!

যুবরাজ—হুরাস্ত্রদো শচাদো! ইচা হুরানাব্রবা অসিনিদনা, হুরানবা য়োক্লি হায়বদাইদে।

থোংলেন—(মূরা য়েংলগা নোকই)। হি-হি-হি—মথং থনবা কদায়দগী—, নচা ইবেম্মগী রা ওইরবদি কদায়দগী হুরান-গদগে, মপূনা মপোৎ থমজবা অসিবু হুরানবা চিংনরবরা?

যুবরাজ—করি ইপু—! মাং-তুং থরা থরা য়েংবা কৈ, হায়নিঙই ঙাংনিঙই হায়হনবু—।

( খম্বা, কৈরোইজাম্বা, যুবা, শন্তাইদু চৎলকই নিংথৌ থুরুমই )।

নিংথৌ—ইপু—শানৌভোন—।

নোংথোল—হায় খম্বা! নভাওনা লোই ওকপদগী, নঙনা মচা ইবেম্মা মুন্দুনা পুথি, নথক্তা রাকংলি চুম্বরা ?

খম্ব—মচা ইবেম্বু মুন্দুনা লৌকরবা নৎচদে।

যুবরাজ— নঙনা মুন্দুদনা, নরাল য়ায়দ' করম লৈরিব'!

নোংথোল—হি হি— মনাও ইবুঙো, মপু য়াথং তুং-ইন্না ভসি কংলা রায়েলবদি নবাই ইপু ওইরমাগে অচুক—( নোংথোল লোকই)।

( যুবরাজ ইকায়না কমথৈ )।

মথং তাও লোয়ায়, বইম্না নরাকহাই য়োরবই, মরিক চুম্না অচুক হঙৎলুদনা।

খম্বা—নবাই ইচেম লায়রবীগা কোয়নবা লৈত-লায়রা খররিঙৈ, মচা ইবেম্বনা য়াঙোই থক্তগী "থুমন লমজা থোরকউ লাও চুপী-চা ওইবফিন য়াঙোই থাম্বা ভমদরে, থুমন য়াঙোই থাম্লো" লাওরকই! মতুদা নবাইনা য়াঙোই থাংজরে। নবাই লায়রা হাওশংদা মচা ইবেম্মা লেংশিনবিরকই, হোৎজিক কাওবা অচুম লৈবিরি।

নোংথোল—অতুদি খম্বা য়াঙোই অচু হোৎজিক কদায়দা লৈ, নরাল-য়ায়দা অচুম লৈরিবরা ?

খম্বা—য়াঙোই অচু হোৎজিক কাওবা নবাইগীদা লৈরি, কেগে কনাগীনো থংজদে।

নোংখোল—অকা-মচা নখোয় অম' চকুন', খুমন মরাল-য়াইদা য়াঙ্গোই লৈবরা য়েংউ চৎলু। (অকা-মচা চৎখি)।

যুবরাজ—কেগে মোইরাং লৈপাকসি মথক থা ওয়রে হে, মীচং কনবা খুৎকী লৈপাক ওইরে ঙ কে য়াম্ব' !

নিংথৌ—করিগো শাগৌ করি রাজ'নে' কনাগী মীচং কনানা ইনাওনা রাইহে করাম চাওবদো, ইয়াম্বদি পোকমিন্নবনিনা কাদো। কেগে অখোবা পুন্নবাদ খোংজম্বি থোরক্লোই, চনাও রাখল তেংনিদো। (শঙ্গাইদ্রু চংলকই)।

শঙ্গাইদ্রু—(খুরুমই)। ইনিংথৌ— ননাই খুমন মরালয়াংদা য়াঙ্গোই পুন্দন' লৈরেংই ননাই এনা নিংজবাদ ইয়াম্বা নোংবাল শেলুবগী য়াঙ্গোই কারু ওইগদে মন্নে!

নোংখোল—ঠানিংথৌবু- হংক ননাই অনীগী রাখোক অসি লুখ্রেদা। মপু নোংদম তক্লীদনা ননাই চাওহন রায়েল লাইথায় তাবদি খিৎ—।

নিংথৌ—চুমই ইপু চুমই। কোংয়াম্বগী রাকৎ অসিসু করম লাল্লী হায়গদগে। নোংয়ামবুসু করম চুমদে ওাকনি। (ভাইহাক থাম)। লুখ্রেদা শানৌতোন।

যুবরাজ—ননাই থোইনা হঙ্গৎচনিডাই লৈজদে ইনিংথৌ। মনাইগী মকুবু শামান লেংমান্নবনিনা, হয়েং লম্বী লমখাংদা করিগুম্বা ভাংলোদা থেংনদ্রুনা শুংভাইমদবা মলোম অদুনা, থাং-তানা হেক খিন-য়ান্নবগা ইমু নাইমু তানদুনা মোইরাং রাখোক ওাংদবা মচুগী হজৎচবনি। অদুবু য়াম্মুংনা করম্বা— ।

খোংলেন—হৌজিক তাকপি'বিবহুবু কমদোবা ৱাঙ্গোল নিংথৌ।
হয়েং লম্বী লমথাংদা থাং ওনা মায় থিরগা কেগে ৱাখোক
ওইগদবা, অসি ওত্রা মথং থনববু ?

যুবরাজ—মাগি ইপু মানি। কোংয়াম্বা নিংথেন থাবা অসিদা
মুংশা থরখিৎ থীকৈ।

খোংলেন—কেগে মোইরাঙ্গী লাইনিংথৌ লাইথিজংখু ভেলতৈবগী
মরাও ইবুঙো চৌংথু মহা ভেলতৈবা মথংথনব যুবরাজবু!
ইমাক কোংয়াম্বনা হয়গা, ইগা থম্বনা হুক্লোইত্রা, ইচানা
করি ৱাঙ্মা নিংহন্নবা নিংবদা—! হৌজিক শালাল
থাং-ভেন্দা লাক্রবাননা পাখো—। এগী ওঙ্গিদো, মতম
অমুক ওাহদবগী ওসিসী হেক্কা—। মপু ইবুঙো কমদোংবীরে
কেগে মোইরাঙ্গী কম্বাহবা পুরে, ওসিসা হেক্ক—মপু
মোংদংবোল করথা— ?

নিংথৌ—মান ইপু মানি।

যুবরাজ—ওসি হায়বদি— ?

খোংলেন—থম্বা মোংবাল চায়থবা। লোক অমদা কৈ অনী
কুনবা থক য়াবোই। মথোর অনা লৈরনা কেগে মচী
লাংবনি, মোংরাং য়া-য়া লাওবনি। মথোয় অনীগী মরক্তা
মরায়বক ফবা অথতা হেক—।

নিংথৌ—( হাঁগত্তনা ) কয়িনো ইপু কয়নো, কাকয়েন শুক্তা
অখোবা থাংকক থুৎকক চুবা, লোকতাক ঈরাওখোল তাবদা
ভনিক ভনিক ভুজুংদবা, অঙাং হাঙা মীকপ তাবদা ভুনিক

নিংঙায়দবা ইপুনা কল্লি অদুম হাম্লবিবগে। ইপুনা অদুম শাওরগা কেগে করম পানগনি ! রাখল চাউবা ইপুনি, পায়মা রাখল ত্তৌবিনি। ভযুম অনী চায়নবা, অমদি শোয়দনা মাংখ্রনি। খম্বা নোংবাল লৈবনা কেগে মাল্ল ঙইরিবনি, মোইরাঙ্গী লেম্নজরিবনি, খনল্লিয়ুদা ইপুস্থ ?

থোংলেন - হনিংথৌ — ।

যু্বরাজ — ননাই ঐগী থোকপদি হেক চায়নল্লগা, মল্লায়বক ফবা অমনা য়াম্নঙ্গী থোগল কংজহৌবা — ।

থোংলেন — ফরেনে ইনিংথৌ। ননাও হবুঙোগী থোকপস্থ চায়নবনা কগঞ্জা ঙাকপিরে মপু স্না নোংদমখোল—।

( নিংথৌ য়ারে হায়না ইঙ্গিৎ তৌই )। অদুদি—পাল্লী অনীমক অদুক চায়নবা ভারি। ( খম্বা নোংবাল হোগৎলি )। আঃ—আঃ—ইনিংথৌ খুরুমজো, কয়াই কম্নাইবদা মোঙ্গরো। ( নিংথৌনচিংবদা খুরুম্নগা চৎথ। মল্লাম্মক চৎকে তৌরিঙৈদা খুম্বা অমা মৈছম মোরোক পুরকই )।

খুম্বা — কেগে নিংথৌ ইনিংথৌ, মোইরাং চৈরাপ তিনববু ননাইনা ইঙক নোঙ্গরি। ( খুরুমজ )।

নোংখোল—এঃ—মৈছম মোরোক ! করম্ব শা লাল মরোংনো নপাও ভম্মুদনা ভম্বা ?

খুম্বা—হাওমা লোকী লোকমাং লম্নেন খোইরেঙাক্কা, খোইরেল খুজা শানৌ অমথক কৈরেল য়াথোং লোম্লে, পাম্বা কৈখা থারে। মপু স্না নোংদম লৌজগে হায়না—।

নোংথোল—অঙৃদি মনাই অনী চায়নপুং থোন্দুনা য়াইবী মা'নবগী শরুক্তা, পান্ধা ফারু ভাকপিরগা মরায়বক ফবনা ফাজবা মরায়বক থীবনা কৈরেল য়াহম পীজবা। করিগুম্ব অনীনক অমত্তা শোক্তনা, পান্ধা ক'রক্লংস্ত করে। চ য়নবা চ'য়বা অসিদি, অন'গী মরক্তা অমদি শোয়দনা য়াইগী মাঙ'ন। পান্ধা শাথোনবা চৎপনা করিগুম্বা থাংজিংনা কুবিরবদি, য়াইবী হিংব য়া'রিদো।

নিংথৌ—ভয়ুম অনী—। ( অক। মচ চৎথি। খম্বা নোংবাল কৌরকই )।

থোংজেন—অচুম্বিদনা ক'থৌ, এনা পাম্বমক খোক্লে। চেংভৌ চেংদম হৈব নরৌশিং কৈ—, মপুগী অশম্বা ওইবদ। মতিক চ'য়দনা।

( খম্বা নোংবাল শণ্ডাইদ্ চঙলকই )।

নিংথৌ—চৎকবউ প রী অনীমক চঙলকউ।

ভয়ুম অনীমক—পাম্বনা ভাইবং-মী শোক্লে হায়র'রি, মুপী অঙাংনা রারিবসি, ভয়ুম অনী অদুক কোকহল্লু।

খম্বা, নোংবাল—ইনিংথৌ—। ( অনীমক নিংথৌ অমদি কম্নাই-বশিং থুরুম্লগা চৎকে ভৌই, নোংবাল চৎথি )।

থোংজেন—মাদি পারী শাজৌ, নংবু পোকপা পস্থৌদি পাম্বা কৈমু মঙা কাথিদো। মপা অদুনা পোক্লম্বা মচানি হায়বা কেগেদা ভাংজা থুমহনকদেকো। মোইরাংনা নোক্লা মিৎয়েং য়েংথিনিকো শাজৌ।

থম্বা—পম্হৌ অপোকপা—।

( মপা থুরুম্লম্লগা চংখি, মম্বাম্না য়েংল্লুনা লৈহৌই )।

লাইট ওফ

---

# ২-২ লম্বী।

## মতম— অয়ুক থোইবী শেনু

থোইবী—চাওনেখিং অচানবী।

শেনু—ঐদি লাক্তবগুম হেক তাকপীরেদকো!

থোইবী—অহুবু! করি করম হায়রমদগে হায়বনি!

শেনু—ঐস্ত্র স্না ইংেম্মগা ইথা থানদনা মরৈকৈ, ইপু ইনাই চপ মান্নবা থওমিন্নদবনি; মসিদা ননাইনা কন্নিবু হায়রুদোনো!

থোইবী—ইপা ইবুঙোনা অহৈঙে অহিং অথেৎবদা কৌরগ', মোইরাং খোরী কৈথেলদা শামুথোংদা পুনখিবদো, মমাংঙৈ কৌবন্থু শণ্ডাইদু, ওসি কৌখিবন্থু শণ্ডাইদু, অসিদা করম য়ারোয়-দগেনে অচানবী— ভাংকোদনি খেনবা!

শেনু—হেঃ—ইমায় পেম্মা, বাজপনবী ওইনা হেক তৌরক্লুনা—নিওবগী ভুং-ইন্দুনা, হাপুনা দাই শাই হায়ক্লুনি। মমচং বা হেক ওইরম্লবদি, অরেম্বদা থাচনা তোকনি। ( থোইবী হন্নাও হুংডাই য়াম্লনা কংনা নোকই )।

থোইবী—মাইদা ঐদি, কপ্পগ নোকপগা য়ামহল্লি মঙ অসিনা হেক ঙাংথোক শকতাকপসে ! ঙাংঙিটৈ চাইহাক কাওরমই, মাগী য়থল থল্লমদে। মাগেন পুম্বা মল্লিটে, অমুবা ফী-জোগ থোল্লিটৈ অচানবা হায়ব নখক্ত, লাক্লরোইদোবোই নিঙদম্বা অহিং মাবা লোইদুনা, মাগেম অমুক ঙামবগুম, কাওরবা য়াথল অমুক থল্লে ই ঙমত্রেদো।

শেম্বু—করিবো অমুক হৌরক্লেনে ! মুংশুব মুংজানা য়াড্রবু, য়াবিগে হায়না থল্লবিত্র। য়াথল অহ থল্লগা মুংচাইনব্রা হায়ববু, য়াই থংলবদি তোক্রসিব কৈদোগে !

থোইবী—য়াই হায়বসি করম থঙলিবা ?

শেম্বু—হায়মা ! করম থঙদগেনে ইবেম্ম, ইপা ইবুঙোনা তাক-পিবা ইন্দুবা ইনাক কৈরাক থুনব অচোম ময়ুমদা লৈরবদি, করো লোইস্ত্র চৎলোয়দে, শেম্বী পুংদস্ত কুপ্লোয়দা, শিংজা কোকথোং যাল্লোয়দে, লোশীদা লৈগ্রে তাল্লোইদো ! হে:—অসিগুম্ববু কনাবা য়াওজক্রগবনে, পনযো পল্লেশস্ত্র নাইদবা !

থোইবী—( নোক্নুনা ) অচানবী—নত্রা তাবদা নোক্নবা ঙংদে পাজোম্বী, নিঙোল ওটবী মপোক্না, লুপাসা মপাল খাংসত্র স্নানা মহৈ য়ালসত্র, পামদবা ময়ু দা চাইথুবা, মতম তাপ্পা থাবদনা, নিঙোল থুদাং পি-তৈতনৈ ! ঐনা করো চংলুবা, পদাংথোংদা লৈরুবা, মাগী য়াথলনা থোং-শা; মাগী চেংলোনা পাম্বে ওই, শাংলবা লম্বী, চাউ মান মুক্তা ওইবী ঐহাক্না লায়না চৎপা ঙম্ববি অচানবী !

শেমু—মুজা ইত্তিক নত্তনা লেঙষ্টই হায়বরা থোকইদো। পল্লেপ পনথৈ নাইদবা, চাংজো ঙাগাও লপ্তুগা। করি পাত্তা চাক্তোবগে, করম্বা চৌঙদা থাংিম্মগে ; ননাই শগু পাংজাম্বী থ চেং মচী লাংম্বনা, খালেম কোয়না খিরগা, পুরকপা ঙম্নবদি ননাইনা শরীশো থমজিংগ্রেবা হবেম্মগী নাক্তা।

থোইবী—চুমই অচানবী। পনথৈ চাংজৌ নইরমদরে, কিগৈ কিতুপ লেপ্লমদরে, লোশী লাইজ ঈ-থালম্নুংদা লৈরমগদ্রা খিক্কবু, লেইম্লে ঙাতা মথেংনৈ। শর কদাংদা হৌরমগদ্রা লোইবী কান্তুনা য়েংবদা, চৌঙী পামেলত্তা হৌরমই, লৈকম লেপকম থঙদেদা। মনাক য়ৌত্রিদৈ য়ৌগিংই, চেংলৌ থঙত্রিদৈ থঙখংই, থঙলগা য়ৌরগা হেম্না মর য়, নক্ল নক্লগা লাপথিবা, রাখল লংজিল পুন্নকইদো শেমু! এঃ—নঙ্গেদা অচানবী অরেম্বদা—ৎৌজকপু করম তৌসিগে!

শেমু - থঙত্রেনে স্ম হবেম্ম—ইপু ইনাইনা আঃ—ঙাইনা ঙাইনা লেংবা ভারেদ্রা।

থোইবী—হোয়নে, খিৎ মাং থারো-লাওনে (অনিমক চৎখি)।

লাইট ওফ

---

# ২-৩ খোইরেনতাক

**মতম— নুমিৎয়ুংবা মতুং।**

নোংবাল তা পায়দুনা মরুম অমদগী থোরকই।

নোংবাল- কাপ্পরবা চঙজা উপগবা, বেগে মোইরাং সীমাংদা তাংজা থিরুক হুন্নরক্নিদো, তোনতেক্লমা মাংখরেদে মশু। করম্বা নতিক নম্নাম লৈদুনা, ইনিংথৌদা পাম্বা ফাগে মারুবা, কৈরেল থাংথেং লোনবা তরেদে, মোইরাংদা নঙগী "চেং" লোইরেদো। খা থংবা মোংশোংসে পাম্ব শাথুপ ভাগ্নি চায়, কোংয়াম্বা ঐ চাদুনা, হম্বমা পাম্বা মাক য়োৎপি উৎলি, ঐনা পাম্বা কাদুনা, নিংথৌগী মমাক ওইগেদো! অরাং থংবা অকোকপা লায়রবা চমজা চংহনগে। মহু পামবা কোংয়াদা লংনবা, থাদুগদুনা লিকপা মহেংশাংনি। (খম্বা তা পায়দুনা চঙলকই)। এঃ ইতাও— য় খঙখিসি লাও, নহু থাইদুনা লৈরম্লিববি।

খম্বা— করিনো তকপীয় পাথৌ?

নোংবাল— খা থংবা অশোংবসে নোংবাল ঐ চঙগেদো, অরাং থংবা অকোকপা ইতাও নঙনা থীয়কো।

খম্বা— ঝগনি পাথৌ, খাইয়দনা থীদবা য়াদে।

নোংবাল— অদুদি—।

খম্বা— পাথৌ—। (খম্বা তা পায়দুনা চেথি)।

নোংবাল— মহাক্দি— নোংবালদি— তথৌ পায়বা মপায়ী মোইরাং

নিংথৌ মনাইদি নিপা মচা নোংখাইগে, ইপু মচা নোংদমগে, খঙগনিদো শরসো। ( নোংবাল চংখি )।

## নাওথেম শৈহেক

হুইরোয়—পারি ইবুঙো, পাম্বা শগু শরাবা, পাম্বা খুৎনা শোয়রগা কৈরেল য়ামা হৈবা শা, কৈরেল য়ামা শোয়রগা পাম্বা খুৎনা হৈবা শা, শিঙেল হমক্রু নারোল মুংদা "হৌ-হৌ" হায়বা খোঙ্গেম্না, তাইবং থরায় নিকপা! নারেং নাথুপ হৈবা চিঙোয় অথোবা, ওসি তাইবংদা মিৎচানসে ইমাগা; নংনা মালেম তুংওইনরমদাই, চিঙোয় পাওহেন্না ভেংথা নাওইনসি, হা শারাবা নঙবু তাবরা? নঙদি নত্তিক লৈবনি, থোনা কবা নহাক্রু, পাম্বা মাথৈ ফিদুপ তমকদে, লাক্রো ওসি শকচানসি পলেম ইমাগা লোয়ননা।

( হুইরোয় চৎখি )।

নোংবাল—( মুংদা ) নঙনা চেন্দুনা হিংদরা, নোংবাল তারেল তাজিন্দা, পাম্বা নথরায় লৌগেদো। ( কৈনা হৌ-হৌ খোংই, মখাম লাংনৈ )। ইপু মচা নোংখাইগে, নিপা মচা নোংদমগে, নোংমা পোকপা মচানা নৌনি শিবা হৌনবরা।

( কৈ হৌ-হৌই, মখাম লাংলি, খম্বা থোরকই )।

খম্বা—এঃ শা অসি অসোয়দা লৈরবোইনা, তাইবং শাথেংনরবোইনা! ( মখাম্বা শানা শোক্রে, শামা শোক্রু লাংরকই ) পাম্বা য়াথোং লোচবোইনা, কৈরেল য়াতম পীখেনা! মহাদি যাত্রাদি, থুম্দি, পুরেংবগী চানি, [illegible] তোপানি,

পাম্বা শাক্তা কনগেদো, নউপ পাং তিনবগেদো লৈরমস্ট শরীসো।

( খম্বা চেনশিনখি। নোংবালবু পোরগা থোক্লকই, নোংবালবু থংমগা শেম্বী-শাবী )।

খম্বা—মুংশিদা পাথৌ ইবুঙো, নায়ক মোংশোং মোবগাংনা থারী, শেনবাং য়ান, অয়াংগী হাওম লোকাইগী অয়াংদা, (ইঙা) পোপতেক্লা ইমং-মং, নেমপক নেমপক হৌবা ছুকু য়াঙ্গেন নাহুই লোনবা, লোকমায় খুদং শাবদা পাদৌন লোংনা তারম্বা, মোইরাং কনদা শিল্লকনি, কেগে কনাদা পীরকনি। মোইরাং নিংথৌ পুরেললাই, ইনিংথৌ লৈমাবদা চৎসম ! তোরেল লৈমা-নিংথৌ মমাংদা, শাশি ওশি পুরকই ঢ য়মা তাকপিরমগদরা ঐবু ! নত্রগা ইমান খাক্লাকপদা পুরুরে, হোরেল ইনিংথৌনা “নিংথৌ ঐতোন্দা পুরক্তনা পম্বোদা কনা পীরুবা” তাকপিরমগদরনে ঐবু।

নোংবাল—( নিক্লা হায়রকই ), ইভাও ইবুঙো মুংশিবা !

খম্বা—তাকপয় পাথৌ অথোবা।

নোংবাল—নতাওগী নাক্তা কপ্লে লাও, ঐদি য়ারয়োইদৌমাক্লেনে মরুপলোয় ! ( খম্বগী কাইগন্দা মোন থাংই ) ! ওসি নতাওনা মরুপলোয় ! ( খম্বগী কাইগন্দা মোন থাংই ) ! ওসি নভাওনা পাওমেনগে ঐগী লোইরমদাই তাংলোদ। নোংবাল ইয়াল-পাওমেনগে ঐগী লোইরমদাই তাংলোদ। নোংবাল ইয়াল-য়ায়দা লৈহৌবী, কোয়াম্বা তাস্লেয় অতোনবী লামাবম নিত্তোল “চোঙ লৈমা” হৈয়াং মমি তম তাওজিং মরু পলহোরে, লোইদাব অহুম শুপ্রেদো মরুপ—। নচলনা নিপা

পোক্লগা, ইমায়া ইতাওবু য়োকুম্বা য়োকপিরকউ মরুপলোয় ! শুপী ওইনা পোক্লগ' ইপন চাওবা নোংখোননা, ইচেম লায়রবী কোনগুম্ব', কোনবীরকউকো মরুপয়া !

খম্ব'—কঁরি তৌরোই অথোব', ইবুধো থাংজিং থোজান লাকনি !

নোংবান—ইতাও ঐনা খংজরে, নতাও ঐনা নিংজরে, য়ারোই ইতাও য়'ররোই ! ঐনা হক্লেং লৈত্রগা, মচননা নিপা পো'ক্লগা, কোংয়াম্বা কোনোয় লৌহুনা, ঐনা ইরালথায় য়োদন', য়াইবী মাংবা থোক্লবঁদ, লমজা শরা মিঙ্গোনা হযেং জুংদা রারীনবা, পারি মাগী কোনে'য়বু, "নোংবান শরাবা" কৌবিয়ু. মপা মুংশিদব: মচানি, খনবিফদেকো মরুপয়া ।

খম্বা—ইতাওগী নিংবা থুংনবা নতাও ঐনা তৌগনি, পায়খমুংদা রাগয়, থোয়রাং মুংওলনকদে !

নোংবান—চাকংখ্রেদা ইতাও ব'খেদা—, করিগুম্ব' অমতপা ইতাও —, হাথসি হায়গমদরে, হায়মুসি রা মাংলে ।

খম্ব'—করিনে পাখো ?

নোংবান—লাইজা ঈথো লাংখ্রেদ' মরুপ—, ইতাওনা—ইতাওনা শামুখোঙ্গৌ রাদি কাওখ্রোকে', না অসি পংলক্লে, মিৎ অসি উরক্করে—ইতাও —!

খম্বা—পাম্বন' শোকপসে, লাইজা ঈপান লাংলগা পাম্বা হূ লুতোন কায়, অয়া চৈনা ইতাওদা থোইনা রানি পাথোবু অমুকা লাইজা—ফররোইনে পাথো—।

নোংবাল— ইভাও— য়াঙেদা— চাকপ্রেদা পাথৌ—! মরুপকী কাদা থরদং য়েংলয়ে, থোয়খা লিনখা থারকনুকো মরুপ্পা!

খম্বা—করিনো মরুপ, অদুগুম্বা য়াথল পায়মমুংদা থলগনু।

নোংবাল—পাথৌ ইবুঙো মুংশিবা নোংবালগী অরোয়বা ভাংলোদা চৈর ফিগাও শাহুনা করিগুম্বা অমতদি নিথিগেবা মরুপ্পোই?

খম্বা—হায়য়ু পাথৌ হায়য়ু, ঐবা পীবা ওয়বদি ননিং থুংহন্দবা য়াবরদো।

নোংবাল—মযোম লাংলেন থাদোইগী থাদোই হায়বী পাম্মু কোলোয়সে, নত্তাও ঐগী শরুক ওইজগেনে।

খম্বা—পাথৌ ইবুঙো ননিং হুংপ্রো, মযোম ইবেম্মগী থাদোই হায়বী মুংশি কোলোয়সে, নত্তাও ঐনা মিংলেন য়াঙোয়রোই।

(মিংথৌ, যুবরাজ, চাওবা, থোংলেন, হুয়রোয় অতে থোগল থরা নাকল অমদগী চঙলকই)।

থোংলেন—পারি নোংয়ায় নত্তাও শোক্লে চুম্বরা?

খম্বা—চুমই ইপা ইবুঙো লান্দা থোবা অপোকপা। ভিঙোই য়াহিপ তম্লিবসে. ইভাও ইবুঙো কোংয়াম্বনি।

থোংলেন—কদায় হা—। (ময়াম চংদুনা নোংবাল নাক্তা কমই)।

নোংথোল—নত্তাওসি করি লমদা শোক্লমই নোংয়ায়?

খম্বা—হাওমা লোকী লোকমাং, থৌবু লোকী লোকুং লোকমায় খুদেং শাবদা, শারেন য়াউরমই, ননাই ইশক উবদা, পাম্বা কৈনা চোংথোকখি। অহুদগী মমাক্লা, শমু নমদা পোল্লুনা পুজরক্লিবা অসিনি।

নিংথৌ- হাওম লেক্কী লোকমাংদা—। ওথোকপনিদা তম্মম, খোইয়ু। নোংদম থীরকপোইদা! ইয়ুম কেগে মোইরাংদা খম্ম, নোংবাল লৈবনা নিংঙাইদনা ঐনা লৈজবনি। কোংৎ চান্না ঙসি তুথবা, নিংথৌ ঐগী শয়েং তেকপনি, পানা ময়েং ভাবনি, মোইরাংগী সু লাইবক থীবনি! ইদাইরেন খম্বা নত্তাওগী চিহুল লৈরিবর?

খম্বা- ননাই ইতাও য়াইবী মাঙদরি ইনিংথৌ, বা ঙাংবদি খরা র'র'ক্ল, মপু খুয়া থুকম্নি, ঙাইহৌনা লৈজরি ইতাওনা।

(নিংথৌ নোংবালগী নাক্ত চঙলকই)।

নিংথৌ—হায়ু কো য়াম্না হায়য়ু, নিংথৌ ঐগী ইকমদা হায়নিংবা হায়য়ু তয়ুম? ঐনা করি তৌরগা নঙগী পুক্নিং থুংগনি হায়য়ুগবা ঐঙে ন্দা?

নোংবাল—ননাই থোইনা—মপু নোংদম তম্বীবা ননাইগী লাইবক ফবানি নোংবালনি খন্দুনা, ননাই ইতাও খম্বদা মপু নোংদম তম্বীয়ু।

থোংজেন—ইনিংথৌ—নিংথৌ অমাইবা অমাইবী কনা কৌরগা ননাইরেম কনবা য়াগদগে মপু বাখল তৌবিনি।

নিংথৌ- চুমইবে ইপু— (নোংথোলদা) করি কমদৌবা কনা কোগদগে?

নোংথোল— শানা অমুম শেকপসে, ননাই শলাং নিংথৌ কৌরগদি লাইবক য়েংবা য়াগনি। অদুদা ননাই শলাং নিংথৌ হায়বসে অতৈনা কৌরবা য়ারোইনে ইমাক নোংমায় নত্তুনা।

থোংগেন—ইম্মাক নত্তনা অতৈনা কৌবা লাক্লোই হায়রবদি চৎলুদনহে শাজৌ।

খম্বা—ইপা ইবুঙো!

নিংথৌ—করম্মা হৌজিক ইদাইরেমবু কবুই শগাংথেন্দা। চৎপা হায়সিবু। নিংথৌ এব ওমই হায়দনা, পাম্বা শ-থেংনরুবা নিপ অমদা—লোইবা কাদুনা মাইবা কৌরুবা অরায়ব থবক নত্তেদা!

খম্বা—এবু লোইবা লাইনিংথৌ, মোইরাং নিংথৌ পুরিংলাই চত্তব, কৌরুদবা য় দে, মপু য় বং তাকপিরগা লোইরেনা। ইতাও য়াইবী তিঙ্গদোবা লৈরব, ননাই বাবা লৈজরে কবুই চীংশাং কাবদা লোক্তাক লাম্মা চৎপদা। (খম্বা থোকখি)।

"মৈ" মুৎপা

# ২-৪ লম্বী

## মতম—সুংথিল

### খমনু তেংথা ঈশে।

খমনু—ইচেমগী ইবুঙো ইনুনিংথৌ, কৈরা এগী তামজোবা! শঙ্গ এগী লোঙ্গনবা লমজা, পনেম পম্মোনা লোইনাম থাবুন অচ দা, নোংয়ায় নত্তবু চন্দোক্লবদি, ভুরেলগী রায়থুশিংনা মথানুঙ্গী মচা শেংনবগুম, থুমন লাংথোক্লমখি লায়রবা!

(লোননা) ইমা লৈতে খঙহননিংদনা, পলেমগী লেংনাম্নবী ইমাশিংদা, য়ুমথোং লাম্না খোম্লাং ইন, নোংয়ায় চাউনবা য়োক্লকপনি ইচেম্না! নঙনদি পলেম লৈতে খঙদবনিনা ইমা ইমা কৌদুনা থুমন নঙনা কপ্পদা ইচেম্ন' কোয়পু পুত্তনা খোম্লাং ই'ল্লিদো লায়রবা! লোইদাম থাবুম অনৌ অহুমদি হরাও হারাও পীথক্লবই। চহী কুমওন কারক্লবদা লৈকাই কনাবা পীথক্লক্ল বদা ইচেম্না পাঙ্গল লৈত্তনা, র'না য়োকচরকখ্রবা ইপ্পানি! থাংজিচ চাংজাও ক'দুনা লোইবী শী'জা লাংলগা, কৈথেল মাপলবা য়োন্দুনা থুমব নঙবু য়োক্লকপনি। চে'লৌ য়েংই পলেম মাল্লি, শকফম য়ে'ই পম্মৌ মাল্লি, পলেম পম্মৌ লৈরিবোই নিংইদো ইদুনিংথৌ নঙবু য়েংজবদা। ওসি ইচেম্না তারিবসি করিনো, পোকপদগী থুদোলনা হৎলক্লববু ওসি কোয়ৌদি, খোইরেম্তাকী লমদমদা পাম্বা মায়য়ে'ক্লদুনা, কৈরেন কাবা চৎপসি, নখোঙনা চৎনা মংখিবরা! থুদি থুৎনালথোক্লা ইদুনি'থৌ য়াইবী মাঙসব'দ, ইচেম্না কনাবু য়েংদুনা লৈতোগনি লায়রবা।

থমন্থ ঈশৈ

লোক্তাক ঈশা য়াপন্দা
য়োৎকি থুক্লম তোংলিবা,
ইবুধৌ থাংজিং কো'য়রেনলাই
লৈমন চিনবী নশূনি
হৈমন থুনবী ননাইনি,
ইদুনিংথৌ নোংয়ায় চাউদবা

য়াইবী খরায় করবীয়ু
অরাবা কেআয়দগী ভাকপয়ু
খুদোং থীবদগী কোকপিয়ু।

( থোইবী, লেম্মু চণ্ডলকই )

থোইবী—কৈবাক্তা করি ভাংজরবগে করি তৌরবগে ইনম্মা ?

খমনু—খোইরেন্তাকী কময়ায়দা, হাওদা লোক্তী লেকম ভদা, পাম্বা শা-থেনবি চংহৌদে। কেগে নোংবাল কোংয়াম্বগা হেংকা ওয়ুগা চংমিন্নখি হায় খোইরেন্তাকী পনম্নুদা, তম্বা অমা পাম্বা কৈ-খা থাখ্রে তায়, ইচুনিংথো ওইরম্নবদি কমদোনগে স্নাহল!

থোইবী—রাহিরুম্নু ইনম্মা ইবুধৌ থংজিংমা কুবীনি। হাওমা লোক্তী লোকম ভদা পাম্বা কৈ-খা থাখ্র হায়রদো, অঙোম নোংবাল কোয়ম্বা শেয়দনা ওইরমগনি ইনম্মা।

খমনু—করম্না খঙইবা স্নাহল ?

থোইবী—নচম্দা থুদি থুয়ৌ চেনবগী খেন-চাং কাওরক্কে।

খমনু—হোয়দা অদুগীবুদি স্নাহল, ইচুনিংথোগী খুদোংথীবা থোক্লবদি ইনম্মদসু খেন-চাং পীরক্কনি।

থোইবী—হৌজিক্কি কপ-কাওবগী তাংজো নহুরে, অথোবগী মচেম্বি হায়বগা কেগেনা নোক্লখিরে.ইদম্বা, ইচল ইনিং চংশ্রগা, চৌংউ মাবু কৌদুনা, খোয়ুম মাবু শেন্দুনা, নোপাগী য়াইকবা মিক্লাস. পাম্বা কাবা ভম্লবা লাইনিং কৈরে চেংলুসি লাও। ( অহম্মক চংশিন্নখি )। ফুবালা হনুবা থোরকই।

কুঞ্জবা' চপ্পবা—ঐনা হোবেম ইবেম্মদা পাও অসি তম্বদা স্না পুক্কিং পেন্দুনা, "ইপু—নঙন পাম্বা করিনো" অহুদা ঐনা ইহায় হায়দন', লমথা' অমাত্তক পীবগুম ভো, স্না পুক্কিং থা-গুম-থোক, চপ্পবা ঐগী পুন্স'স, চহী তরা'মঙাদা' অমুক হন্দু-রকনিদ'। অহুদা ঐনা থরগা হেক হাংপচা, লুহোং থোং-দে ংবেগী রা'স্ত লোইনবোরে, ঙাংনবো'রে লৈপাক্না, য়াহোরে নিংথো, চৌংথুবা অহুদা ঐখোয় ইবেম্মনা পেন্দুনা, নিংথোগী থোদ কোকংরে', পোথাং চৈথা' য়াওরন্থ হেক ভাকপীবা—(নোকইব ) মহুদ ইবেম্মনা সুংঙাইনা, ইমুং মন্থুং লৈত-লায়রা কাও হংবিরকপগুম থোক, অসিয়োনা সুংঙাইরবা মতমদা—( কপই ) আঃ—চাওবীতোন নঙদা লৈরম্নবদি… সুংঙাইথিব্রেদা নঙনা মতমচাদনা কেমথিবা, খন্নু খল্লুরগা অহোয়মজুম চাক্লক্লে।

লাইট ওফ

———

# ২-৫ খম্বগী য়ুম

মতম— নুমিৎ তারমদাই।

( থোইবী, শেন্নু, খমন্ম রাথল তোন্দুনা রানা লৈ। )

খমন্মু—ইচুনিংথো নোংরায় অত্তবু করম তৌরমগদগেনে অচানবী। ইপা ইবুঙো থোংলেন লান্দা থোবা তানা-খঙনা ইপ্রানা

পাম্বা কানি হায়বদা, পম্নৌ মানা থিংবিগদ্রা হ য়রগা পম্নৌ মাদু য়াওবা ইপ্‌াবু—!

শেমু—ইঃ—করিনি হায়বগে ইনম্মা, পম্নৌ মপা ইবুঙোবু পায়মা শোইনাই খনকদে, রাখল থরুম্নদে, নৌপ্‌া ইবুঙো কাদবু পম্নৌ পাম্মোম তিংলোইদরা! র'খল চাওবা নম মা, তিম্নাং খোয়দানা য়োত্তুনা চৎপা য়াই থাবনি, অদুবু—।

খোইবী—অদুবুনে শেমু—তাবিয়ু ইনম্মনু।

খমনু—হায়বিয়ু মাহল।

খোইবী—রাখল চাওবা খোংলেম্নি, নৌশিং শিংব' নেংখোলনি, অখোবা অমী চিম্লোক্নবা, ভয়েৎ তরা খরদুনা, থাবা য়াই নিংদুনা নৌপ্‌া ইবুঙো থাবনি, লেংমাম্নবনি খন্দুনা পাম্বৰু। শাথেংননি চৎখিবা নৌপ্‌াবু থাগৎকেদি হায়দনা, করিগী থরায় য়াবগে! য়েংউ ইনম্মা—নমু তাইবং মীওইবসে, রা-মল্লবদি ফুংঙাইবা য়াওবনে। হন্দক পাম্বগী রা অসিবু হেক তাবদ', খোয়রাংবদি লায়রদুনা ফুংঙাইত্রনে ইনম্মবু!

ফুবাম্না হনুবা—(চঙলকই) মাদি ইবেম্মা ফু'ঙাইরে, ফুংঙাইরে! তাঙ্গা অসিদা ফুংঙাইহৌত্রবদি করম্বা তাংলোদা ফুংঙাইনি, ফুংঙাইরে, ফুংঙাইরে মাহল, ফুংঙাইবগী পনখৈ লোমখরে।

খোইবী—করিনোনে ইপু বারোম্দি মুকহায় হায়দনা—ফুংঙাইরে ফুংঙাইরেদা হায়বসিবু, করি করম ফুংঙাইরবগেনে?

ফুবাম্না হনুবা—রা লোইরে মজা ইবেম্মা, কৈরেন শাকাক্লহৌরে। ইনিংথৌ য়াওই নপা ইবুঙো তায়, লৈবাক অওন অথৌ

চিথদে, কেগে নোংরাং শুনা তিন্নি। খুমন ময়ুমদা য়োনবা, নোয় য় মংদা তিন্নবা, লৌশিং চাওবা নোংখোলনা খুজিল ভোংগোরে। নমান চবুঙো খোংলেম্না খোঙবান চেল্লেদো, লেবাক পুম্বমা লাইওনা ওটচুন. নপল ইবুঙোনা ভেংমায় লেপইদো। নপা চবুঙোনা হিনাও শাথরে নিংথৌ খোংনেৎ হিরেনবু, খুমন পুঙদা পুনশানি, ভাম্নগোরে নিংথৌ যুবরাজ। লৈবাক রা—রা—লাউহোরে, সুংঙাইবা য়াই. সুংঙাইবা য়াই য়াহল।

খোংচবী—(ইকায়না) অওহবরনে ইপু—মাইদা ঐদি অঙানবী।

থমন্থু—করিনোনে ইপু—কৈ ফায় ফাদে হ য়দনা, হিরেন, হিয়াই, আঃ পেল্লে, রংয়োলবু করিনো হায়বনি?

ফুবাম্না হনুবা—ওঙখ্রেদা ইবেমহল, নিংথৌগী খোংনেৎ হিয়াং হিরেন হায়বসে, ভরাই তয়াচবা পোং নঙেনে! শামু য়াইশা, শগোল য়াইশা, হিয়াং হিরেন অচাওরম লাকপা মতমদা, লৈবাক পুম্বা তিনবদা শীজিন্নরবনি, পাক পাক শীজিন্নবা য়াবা নত্তে! অতুম্বা হিরেন থক্তা হাপ্তুনা থাদোইবু খিল্লকদোরিবা অসিবু, পাম্বা কাবা নত্তনা পাক হেক য়াবরা! (থমন্থু, শেন্থু অনৌমক য়েংনদুনা হাইকেৎ নোকমিন্নৈ! খোইবী হন্নাও ইকাহৈ য়াদৈ)।

খোইবী—সুংঙাইরেনকো ইপু—হা থাংজিঙ কোইরেন লাই, চীংঙনিদা লাইনিংথৌ, ভসি ইপুগী পাওদমসে, শোয়দবা ওইহনবিয়ুকো নশূদা! হৈমন খুনবী নশূনি, লৈমন চিনবী

ননাইনি, চীংউবা মগুনা চানবিয়ু। অচানবী— ভারিবরনে শেম্নু নগুবু। ( থোইবী ইমুং চঙখি )।

ফুবাল্লা হন্নবা—কজাশ্রেদা মচেম ইবেম্মা—অঙাং অমুদোন নোংয়ায়বা কৈজোম কৌরপ ভাখঙুনা, থাদি ফল্লপ তৌদুনা, নারক মোংশোং মরক, হাওমা থৌবু লোকী লোয়ুদা পাম্বা ফানি চঙবদি করিদা প্রমাণ তৌগনি. পান্দমনিঙাইবু লৈতেদা, লমজাও শামু লমশানা, অংতপ্পা শম্বোই লকপদা, য়ৌথিনগে চঙবা মঙনি ! ( থোইবী ইগুংদগী থোরকুনা ত রি )। ফজৈদা নৌপা ইবুঙোদে, কেগে মোইরাংনা শোম্নেদো ফজৈদা নিংথিদা অমুদন হায়রা !

থোইবী—ইপু ! ইপু ! লাওনে হন্নুবা !

ফুবাল্লা হন্নুবা—তাকপিসি মজা ইবেম্মা —তাকপিসি মজা ইবেম্মা !

থোইবী—য়েংউ ইপু—নশূদি লায়রবীনিনা করিম্নু লৈজদে। নশূগী নমথাং ইনফি অসি. ঙসি ইপুদা থাজরগে, চরৈ অসিদ মমল য়ামদে, নশুনা সুংঙাইদুনা পীজবনি য়ারোগনু। অদুগনে ইম্ ঙসিদগী হৌনা নিংথৌগী শেলখায় থুংখায় কোকচরো, পোথাং-চৈথাং কাইবিরবনি, এনা ইপুং ঙাল্লগা ইপল নিংথোদ হঙ্গংপিগেকো !

ফুবাল্ল হন্নবা—সুংঙাইজরেদা স্নাহল, সুংঙাইজরে ইবেম্মা। (থুরুমই)

ফুবাল্ল হন্নবা—নগাই ইপু য়োজরগে ইবেম্মা। ( চৎখি )।

( থম্বা, কৈরোইজাম্বা "তা" অমমম পায়দুনা য়ানা চঙলকই। থমম্নু কৈরোইজাম্বা য়াওরকপদা ইমুং চঙখি )।

খোইবী—হাইমা ঙাদা শেলুংবা। পাম্বনু শাম্নপোৎকুম থিহুনা কারুই চুম্বরা ?

কৈরোইজাম্বা—চুমই স্নাহল। লৈমা শিজা ঙমথং ওইবদি মীনা ঙম্নদবা থবক ভৌনৈদো, লৈবাক্না কিনবা মকম চঙনৈদো, মহু নঙনবু কদাইদগী হেক—।

খোইবী—মাইদা ঐদি। অচানবী স্তম্বোক ওম্বোকপা হেক—। (নোকমিন্নৈ)।

কৈরোইজাম্বা—অদুদি নোংয়ায়—ইবাইদি হল্লগেদনা ?

থম্বা—য়োবিরো ইবাই ইবুঙো, তাংলৌ অমদা ইবাইগী লমন নশেলবা—নশেলগীদমক্তা পংবা রাবিথ্রেদো ইবাই ইবুঙোনা।

কৈরোইজাম্বা—ইবাই করিমতা রাদে অমুদোন, অদুদি ইবাই—।

(কৈরোইজাম্বা চৎখি। থম্বা মবাইনা চৎখিবা য়েংই, খোইবীদা ওনশিল্লগা হায়কেৎ নোকই)।

লাইট ওপ — ড্রোপ।

**লোইরবা।**